# অথেংবা অহিংদা
# চাক্লিবা লাম্মৈ

**A collection of Manipuri short stories**

**Written by :**
A. NIRANJOY SHARMA
Brahmapur Aribam Leikai
Imphal – 795 001.

# অথেংবা অহিংদা
# চাক্লিবা লাম্মে

ফোংজবা ঃ
বিধান পব্লিকেসন্স
ব্রহ্মপুর বাচসপতি লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# অথেংবা অহিংদা
# চাক্লিবা লাম্মে


অহানবা ফোংবা ঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৮
কোপী মশিং ঃ ৫০০
ফংফম থোকপা ঃ পব্লিসর
মখুম য়েকপা ঃ অইবা
মমল ঃ ৩০/-

বিধান পব্লিকেসন্স

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

মনিপুরী সাহিত্যদা ৱারিমচাগী ঈহৌ অসি য়াম্না থেঙ্না হৌজিক্তগী চহি য়াঙখৈমুক্কী মমাঙ্দগী হৌরক্লবসু য়াম্না থুনা মশা-মরেং ফল্লকলিবা ঈরোং নাইনা চেম্থরক্লিবা ঈচেল অমনি। ঈচেল অসিদা শ্রী অধিকারি ময়ুম নিরঞ্জোয় শর্ম্মগী "**অথেংবা অহিংদা চাক্লিবা লাম্মৈ**" হায়রিবা ঈরোং অসিমসু তিন্দুনা ঈচেল অসি অমুক হেন্না মপুং ফাহল্লকপদা মতেং ওইরি। ৱারীমচা তরানা শাবা লাইরিক অসিগী ৱারীশিংদা মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অৱা-নুংঙাইগী শরুক খর অইবনা য়াম্না হৈশিংনা খ্বাইগী মাঙ্দা উৎলি।

ৱারীশিং অসিদা লায়রবা থবক ফংদ্রবা লাইরিক - লাইশু হৈরবা মীগী সমশ্যা, ধর্ম্মগী চৎনবীনা মীওইবগী মরক্ত মী অমা ওইবা হায়বগী ৱাখলদা পল ওইনা থমলিবা অমদি নীংঙমদবগী মৈচাক্লা পুন্সি কেমহনবা অমদি লেঙ্দবা নুংশিবগী কথোকপা ৱাখল ফোংদোকই। অৱা-অনা, নৈত- লয়ার অমদি লাইবক্লা তম্বা অৱাবা থেংনবতা নত্তনা হ্যুমর য়াওবা ৱারি অনি- অহুমসু য়াওরি।

অয়াম্বা ৱারি - ওবজেক্তিব কোরিলেসনগী খুৎফোঙ্দোক্তা ফোংদোকই। ৱাহৈ-ৱাতা লোন্দা-পুদা চম্না ফজে। শম্না হায়রবদা অইবগী ৱাখলগী ঈহুল অপাবা মীদা ফজনা ফোংদোকপা ঙমই।

বানান খর খর লানবা, ৱারীদা থেৎলিবা ইংরেজি ৱাহৈশিংদা অরানবা খর য়াওরবসু অইবগী অহানবা পুথোকপা লাইরিক অসিনা অপাবশিংবু ঙাইহাক্তং ওইরবসু অইবগী ৱাখলদা লুপহনবা ঙমগনি হায়বসিদি তশেংনা হায়জবা ঙমই।

নহা ওইরিবা অইবা অসিনা মতুংদসু হেন্না ফব্বা লাইরিক পুথোকপিরক্নুনা মনিপুরী সাহিত্যবু সেবা তৌবিরক্কনি হায়না আশা তৌজরি ।।

ইম্ফাল

১ , সেপ্তেম্বর, ১৯৯৮

এ. সোনামনি সিংহ - আই. এ. এস ( রিটাঅর )

প্রসিদেন্ট

মনিপুরী সাহিত্য পরিষত,

ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

পুথোকচরিবা ৱারিমচাগী লাইরিকসিনা ঐগী অহানবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা খুদোল মচা অমতং ওইনা তমজবদনি। কনাগসু মরি লৈনদবা কল্পনাগী শেংলবা শক্তমনি।

এ. নিরঞ্জোয় শর্ম্মা

য়াওরিবা ৱারিমচাশিং ঃ

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পারেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| 2 | 17 | not been seen | not seen |
| 3 | 11 | ফুরিৎকাওদগী | ফুরিৎখাওদগী |
| 8 | 7 | অঙাংদগী | অঙাংদুগী |
| 11 | 10 | ইশম্বুজখিবা | শিম্বুজখিবা |
| 12 | 9 | মমিংতম্না | মনিংতম্না |
| 15 | 18 | থাগোক্লোই | থাদোক্লোই |
| 15 | 26 | মতমদুগী | মতমদুদগী |
| 16 | 24 | য়ুমজাইদুগী | য়ুমজাউদুগী |
| 16 | 25 | কোঞ্জেল | খোঞ্জেল |
| 18 | 7.8 | অশা | আশা |
| 19 | 10 | নংশি | নুংশি |
| 19 | 26 | মৈংশা | মৈশা |
| 20 | 24 | থেংজিনবিরম্বা | থেমজিনবিরম্বা |
| 20 | 27 | খাংদবা | খাংবদা |
| 27 | 3 | ঙমালম্লবদি | ঙম্লম্লবদি |
| 28 | 1 | তাল্লক্লি | তাল্লক্লি |
| 29 | 2 | কুনহুদোইনি | কুলহুমদোইনি |
| 29 | 4 | মনি-মম্মৌ | মনি-মমৌ |
| 29 | 4 | মমিত্তনি | মমিত্তদি |
| 30 | 9 | শোন্দোংনা | শেন্দোংনা |
| 32 | 4 | লাক্লরকঅদৌনি | লক্লরকঅদৌনি |
| 32 | 9 | হৌইরদুননা | হোইরদুনা |
| 33 | 10 | লেপখৎলকক্তুনা | লেপখৎলক্তুনা |
| 33 | 18 | লৈরক্তবনিবো | লৈরক্তবসিবো |
| 34 | 18 | হৌদোনেহে | হৌদোংনেহে |
| 34 | 20 | ইবেহম্মা ? | ইবেম্মা ? |
| 35 | 5 | নুপাগা | নুপানা |
| 35 | 8 | মপক্তো | মপুক্তো |
| 38 | 16 | মহা | নহা |
| 39 | 18 | উনরক্তবসু | উনরক্ত্রবসু |

# সংস্কারগী মৈরি

কাইরবা থম্মোইগী থাংঙমদ্রবা খোংথাং, অরৎপা লৈত্রবা পীগী ঈচেল অউবা কনানো থম্মোই শোক্লোইদবা! খুৎ নাম্মনা সংস্কারগী মৈচম, তুংগী লেং-বাহুক্ত ঈশিং য়াওবা মৈকোই চফু! চুথেক খুদিং চুবা হৌরি, পিরি মমাবু আগনি দান ওইনা।

— ঐনা করি লানখিদুনা ইমাগী অরোইবা মিকুপ্ত থেংনহৌদবা— ঐনা করিগী খোংহৌ থিনখ্রিবা— ঐনা খোংথাং অমা হাল্লম্লবদি ইমাবু হিংলমগদরা— পুন্নমকসি ঐনা লানখিবা ঙাক্তরা—, ইমা ইমুংগী পোৎলুমসে করিগীদমক শোল্লবা নচা ঐঙোন্দ থোংগৎপিরল্লিবনো- অমুক্তদি খুল্লম্মুনে ইমা— !

সংস্কারগী হৌগৎলক্লিবা মৈরিবু য়েংলি। ঙাইরি ইবোচৌ-মমাগী হকচাং না তুল্লকপা। কনানা খংবা ঙমলুগনি মহাক্কী মল্লবা থম্মোইদা পাইরক্লিবা অমুবা লৈচিল, মিৎলুদা হৌরক্লিবা পিরাংগী অর্থ।

নুংথিলনি। নোংথি-নোংমঙন্ডি। নোং চিফেৎ-চিফেৎ তাবগুমসু তৌই। অদুক চাউবা মীয়াম তিনবা বজারগী পাক্লবা লম্বীদো ইহাং-হাংঙি। ইবোচৌদি মীনা খাম্লকপা ঙাইবোই-করিওই মাগী রিক্সোদো তপ্লি-তপ্লি থৌরি। পৈশাগী ইখৌলাং বনা তারক্লিবা নোং মকুপ-মকুপ্তো মহাক্তি করিসু থৌওইরুদে, থোইনা ঈংবসু ফাওরুদে। হায়নৈ ঝাকচিংদা নোংথি-নোংমঙবসিদি মৈরিফাওবা মৈশা লাংদে। অদুবু ইবোচৌগী থম্মোইনুংদদি মৈরি অমনা মৈশা পিরকপগুম তৌরি।

লমফেলগী হোসপিতালদগী তপ্না অসুম থৌরকপনা খ্বাইরম্বন বজার, বজারদগী অমুক লম্ফেলগী দি.সি. ওফিস, ইমপ্লোইমেন্ট ইক্চেঞ্জ ওফিস মথং-মথং য়ৌরকখি। খংহৌদে লেপত্রবদি থেঙ্গুদসু পম্বুং য়ৌই হায়বদুনি। ইক্চেঞ্জ ওফিসকী মতাই ওইরপ্না মাগী রিক্সোদু থম্মী। নুপীমচা অনিখক্লা চৎসি হায়রকপদা মচিন্দ খংহৌদনা চৎখিরোই খুমদোকখি। থম্মোইনুংদদি তকসি শোল্লি— ঙসাইদগী হাংনা লাকপবু মী অমত্ত তোংহনবীদবা হে ঈশ্বর। বজারগী মীয়ামদি সিদা লৈরেদনা খন্না-খন্না ড্রাইভিং লাইসন্স মরক্ত য়েপ্লা ইমপ্লোইমেন্ট ইক্চেঞ্জ কাঁদিতু লৌথোকই।

– Hai Ibochou, my lovely friend!
– Hai!
– How do do? I have not been seen you for a long time.
– Fine, thanks and you?
– Same, thanks.
– What are you doing now, getting job?
– No, nothing and you?
– Driver, Yes driver of a pulling-cart and some times oxen cart.
– Oh man.

নোকমিন্নৈ অচুম্বগী মরামদা ফাগি তৌনদুনা।

ইবোচৌ ময়ামগী মরক্তুদা তপ্লি-তপ্লি চংখিদুনা কার্দ থানবগীদমক লেপলুরি। নাকল অমদগী ট্রাইবেল মমান্নবা অমনা খংহৌদনা মাবু উবদা কৌরকখি। টি.দি.সি. কোর ফাওবা তস্মীন্নরকপা মরুপনি। তশেংনা ইবোচৌদি মাগী ফিভম, ফিজোন্দুদা

মথন্ত ইকাইজবা অমা ফাওজে। খংনবা কনা অমত্ত থেংনবিদবা হায়দুনা খঞ্জরম্বনি।

নুংথিলগী পূং মরি তারে গ্র্যেজুএইট পোষ্টকী কার্দ থাবা লোইরে হায়দুনা ক্লোজ তৌশিনখিবদা মীয়ামদু হেন্না নিল-খোংবা, চরাংনবা হেনগৎলকই। কনা অমনা নোক্ল-নোক্ল হনখিবা য়াওই। কনা অমনা নোকমি-নোকমি কার্দ থাবা ফং-হৌদবা কাংবুগী খোইশাওনবদু লেপতুনা য়েংলি। কনা অমনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি- ঐখোয়গী লুপা য়াংখে- য়াংখৈদু পিরমদ্রবদি কার্দ থাবা ফংলম্লোইদা হায়দুনা। কনা অমনা মাগী-মাগী খংন-চান্নবা থিনরি। কনা অমনা চৌকিদারদুদি- চমপ্রসিদুদি হায়দুনা কোইথি-থিনরি। কনা অমনা ওফিসকী মী অমতং থোক্লকপদা চেনশিন্নরি। চরাংনবা ময়ামদুগী মনুংদা ইবোচৌদনি নুংবঙনবা ৱাখল অমগা লোইননা মতাই অমদা তুমিন্না লেপতুনা ময়ামদুবু য়েংলিবা। ময়ামদুবু উবদা মপুক্লিংদা করি খল্লবনো মখুত্ত পাইরিবা ইক্‌চেঞ্জ কার্দতুদা অমুক য়েং, ফুরিৎকাওদগী লুপা অমা চৎপী-অনি চৎপী নোটশিংদু হঞ্জিন-হঞ্জিন অমুক থি, অতোপ্পা চে অমা অমুক লৌথোক্লগা য়েং-, অসুন্না তৌবমখৈ তৌরগা কার্দ থাফম কারোমদা চুমদ্রিং চংখি।

— ইনাও, উদবা কুইরে, কমদৌরি?

— তামো নুংঙাইজরি হায়বা তারে।

— নংবু হৌজিকফাওবা থবক তৌদ্রিবরনে?

— তৌদ্রি তামো।

— ঙসিগীদুদি থাখ্রবরা?

— নংহৌদ্রে তামো, অদুগী চংজরকইবনি।

— পিরকও-পিরকও, ঐ থাবিখ্রগে। এম.এ.দুদি লোইশিনখ্রবরা?

— ফিভম চাদবনা লোইশিনখিদরে তামো।

— ওষ্থোকপনিদা। ইমা হোইদি কমদৌরি?

— কন্না নারি তামো। হোসপিটালাইজ তৌরি।

— করি ওইনা নারিবা?

— কেন্সরনি হায় তামো।

— ও নুংঙাইতেদা। কন্না হোৎনৌ, কন্না হোৎনৌ।

— অদুদি তামো ঐ অমুক য়ৌজখ্রগে।

— য়ৌরো য়ৌরো।

হন্দক্তি ইবোচৌদো হরাওবগী মমি অমা তাবগুম তৌই। রিক্সো মনাক্ত চংলকপদা ঙাইহিরি নুপীমচা অনিখক্লা বজার চৎসি হায়রকই। আশা অমগা লোইননা লাকমিন্নে।

— হেড্ক্লাকতু তুকথচদ্রা, মতম হেন্নে লুপা য়াংখে অমগা হাপ্লকউ কাইনা।

— মকোই য়াওদবা পাঙ্গলদুনা মরোল অমা, মাগী লুপা মঙা হেল্লকউ হান্না থাবিগে কাইনা।

— ঙসি থাবা নংহৌদবা কাংবু হয়েং থানি হায়বিরদি খরসু ফদৌবা।

— অদু ওইরদি মখোয়দি কদাইদগী পৈশা ফংলুনি।

— পেল্লবজাৎনিকো মণিপুরদা থবক তান্নবসিদি।

রিক্সো মথক্ত শান্নরিবা ৱারিদু ইবোচৌদি থোইনা তারুদে। মিকুপ অমগী মতুংদা ৱাখলগী অমুবা লৈচিল অমনা মাগী আশা কাইহনখি। রিক্সোদুগী খোংনেৎ ওৎথবা খুদিং তত্তনা খল্লকই — ঐগী ইমাদু কমদৌরমগনি।

গারি মমাই লৈথোক্লুনা ইবোচৌ ফার্মসি অমদা চংখি। লৈগদৌরিবা হিদাক্লুগী মমল মঙোনদ য়াওরিবা পৈশাদুনা কোন্নদ্রমাল্লে, শুকথনা দুকান মমাংদা খাল্লিবা মাগী রিক্সো মনাক্ত অমুক লেপ্পরি। ইবোচৌ তৌফম খংদে, উংদুনা লেপ্লী। মখুৎ নাম্মনা পৈশা, নাম্মগা হিদাক মমিং ইরিবা চেদু অদুম্মক পাইরি। তাইনফম খংদে, মথন্ত কপ্পীংবা ফাওই। তুং-মাংদা অচৎ-অওক তৌরিবা মীওই কয়া উরক্তবগুম তৌরি। মমিত্ত পিগী ঈরা চেল্লম্বদগী তশেং-তশেংনা পিগী মরিক অমা-অনি খজাইদা তারকই। তুংদগী মশা নাল্লপ তৌবা মীয়াই চল্লবা নুপা অমনা রিক্সো হায়না কৌরকপদু ইবোচৌদি নাকোং পান্দবগুম তৌরি। তারুদে ৱাখলগী ইপাক্ত ঈরাক্লরিঙৈ। মনাক নকশিন্না অমুক রিক্সো হায়দুনা কৌরকই। খঙবোই-করিওই মপি তৈথোক্লুনা মমাই লৈশিল্লুই। মপিদুমক উরুদ্রবসু মহাক মপি তানা নুং ঙাইতনা লৈরম্বনি হায়বসি নুপাদুনা খংখি। এম.এ. তল্লিঙৈদা মহাকপু লুনা তৌবিরকখিবা

ওজা ওইরম্বদা মহাক ইকায়খি। ওজাদুসু ঙকখি।

— নহাক ওইরে!

— ওজা!

— করিনো নহাক্ন ঙসি তৌরম্লিবা ফিভমসে।

এম.এ. তম্লিখৈদো ওজাশিংনা ইবোচৌবু লমচত্ত, ব্যভারদা, লাইরিক ফংবগীদমক্ত থোইদোক্ন লুনা-চান্না তৌবিরম্মী। মরুওইনা প্রোফেসর চাউবনা মহাকপু মনাওগুম খল্লম্মী। লাইরিকশিং পিদুনা অঙম্বা মতেং পাংবিখি। মমা নাশিল্লকপদগী ইবোচৌ এম.এ. গী অরোইবা পরিক্ষা ফম্বা ঙমখিদবনি তাবদা মহাক্কী ওজা চাউবদি তশেং না থম্মোই শোকখি। মতম কুইরবগী তুংদা খংহৌদনা থেংনরে। থেংনবা মিকুপসিদা মাগী ওজাদি থনুংদা কপ্লি মনাও শক্লবা ইবোচৌগী ফিভম, ইমুং-মনুংগী ৱারি তারুবদা। মহাক্কী ওজাদুনা ফার্মসিদগী মমাগী হিদাক পুম্নমক লৈবিরগা অহেনবা পৈশা খর পিরগা ইবোচৌবু থাদোকপিরকখি। তাঞ্জা অদো নুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লক্লবা মতমনি।

নিংশিংলি মহাক্ন হোসপিতাল য়ৌরকপা মতমদা মচন্নুপীনা খংকপ-কপ্লকপদু। তারি হৌজিকসু মচন্নুপীগী তেংথাবগী খোঞ্জেল সংস্কার-মৈরিগী প্রেক-প্রেক লাউবা মখোল মরক্তা — ইমা ঐখোয়বু কনাদা শিন্নবিরম্বগেনে। মচনগী তেং-থাখোল তারগা ইবোচৌসু হংলি ৱাহংদুমক থম্মোইনুংদগী শিঙ্খরকপা পিরাংগা লোইননা মকা ফল্লিবা সংস্কারগী মৈরিদা।।

# টেলিগ্রাম

"Come soon, mother serious"

– কনাগী টেলিগ্রামনো?

– ইমান্নবা অমগীনি।

থোংজিন্দ য়াল্লিবা লেটরবোক্সতা য়াওরম্বা টেলিগ্রামনি। থোইবা ঙক্না থোকই টেলিগ্রামগী মরোলদু পাবদা। অশাংবা শ্বোর অমতং তপ্না হোন্দোক্লগা টেলিগ্রামদু ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। মাগী নুপী বিনোনা হংলক্লিবদু থোইনা থৌশারুদে। খল্লি হায়দোকলুবগী মতম চদ্রি। বিনোসু অমুক মখা তারুদ্রে। শাংলবা র্জনিদা রারকপগী অশাংবা শ্বোর অমতং হোন্দোকচরগা ভরন্দাগী চৌক্রি অমদা ফমথৈ। তুল্লিবা মচাবু পন্না-পন্না মনগন্দ পোপ-পোপ থাবিদুনা কোইনা য়েংলি নাক-য়েত্তা লৈরিবা ক্লাটরশিংদু। নুমিদাংরাইগী কোইথোক্লরকপা মীরম মচাশিংনা থোইববু উরগা হংলি– হৌজিক্ত থুংলবরা– র্জনি কমদৌরকই – পুজা ভেকেসন নুং ঙাইরকপরা– অসিনচিংবা কয়া। বিনোগী মফমদদি পুম্নমকসি ঈনৌ-নৌই, ইঙক-

ঙকই। থোইনদুম তামখ্রবা ময়ুম লমদমবু নিংশিংলুবদা কপ্পীংবা অমা ফাওজে।

থোইবা- আর্মি লেফটেনন্ট্নি। ফোরেন্ টুঅর কয়া তৌরুরবা মতুংদা পঞ্জাবকী পথানকোদতা লেফটেনন্ট্ ওইনা পরমনেন্ট পোষ্টিং ফংবনি। রিটাঅর তৌগদবা চহি নিপালমুক্তসু ঙাইরবনি। মাগী নুপীগা মতম খরদংদি সেটল তৌমিন্নগে খন্না অহানবা ওইনা মফম অসিদা পুরকপনি। ইম্ফালদগী মফম অসি য়ৌবদা নুমিৎ মঙানিমুক্তং চংবদুনা লম্বীদা রেলরে স্ট্রাইক তৌই হায়দুনা নুমিৎ নিপান্নি চংখিরম্মী। মখোয়না র্জনিদা লৈরিঙৈদা ময়ুমদগী থারকপা টেলিগ্রামনা হান্না থুং দুনা লৈরম্বনি।

নুমিদাং তুম্নমদাইগী মতমদনি থোইবনা ফোন পাইখৎখিবদু। ফোন্দা প্লেন টিকেৎ অমা হান্না বুক তৌরম্বদুগী কনফর্ম তৌবদনি। আর্মিগী ইমজেন্সি কোতাদনি। মাগী নুপীগী মমিং-মথা, চহি, অঙাংগী মিংনচিংবা অমুক হন্না রিমাইণ্ড তৌই। ফোন্দা ঙাংনরিবদো তাবদা বিনোদো ইঙক-ঙকই। টি. ভি. গী সাউণ্ড লৈথৈ। ফমুং ময়াইদা ফমদুনা মাগী নুপাদা খোইরাংবগা লোইননা মুন্না য়েংঙি। থোইবসু খংঙি মাগী নুপীনা লাংতক্লরিবদো। ফোন থম্মী।

– করিনো, কৈদৌরগে?

– করিসু তৌদে তুমিন্না ফম্মু, ইথক-থক্কৎখিনু। সি য়েংঙু।

বিনোদো ইথক-থক্কৎলি, মমিৎ লাউথোরকই। হংনিংবা কয়ানা ইপা-পাখৎচৈ। মাগী নুপীবু মপুক্লিং ফাথবিদুনা তপ্না টেলিগ্রামগী মরোলদুবু য়েংহল্লি। টেলিগ্রামগী মরোলদু উরগা বিনো তপ্না-তপ্না কপ্লকই-ইমা অসিবু অশেংবরনে – ইমাবু উবা ফং দবা তারবরনে ইমা– ।

থোইবনা মাগী নুপীদু থেমজিঞ্জে। করি তৌবা য়াবগে হায়বা খুদিংমক পুকমেন-পাউমেন্নরগা মহাক্তি ইশি-শিনা তুমথখি। অমরোমদা মহাক্তি আর্মিগী ষ্ট্রিক ওইবা রুল অমগী মখাদা লৈরনা মফম অসিদা অদুম্মক লৈহৌবা তাখি। তশেংনা বিনোদি তুম্নমদে। তুম্বসু য়াদে। মমাগী অরোইবা ৱাহৈনা কপতুনা লৈহৌবদু নিংশিংদুনা লৈরি। কপ্লি– ইমাবু ঐনা থাদোক্তুনা লাক্লিবসি লানখ্রেদা– ঐনা ইমাবু

ইমা ওইনা ফংজবা করিনা লমন শিংগনি— ঐসে ৱাখল থেল্লিদা— ঐগী পুন্সিসে নিংঙমদবা ঙাক্তনা থল্লবরা!

বিনোনা মীগী ময়ুমদা অঙাং-শেন্নবী অমা ওইনা লৈরকখিবদু মশাগী চহি তরেৎমুক হায়রল্লগনি। ইনাখুনবা ইমুংনি। ইমুংদুগী মীওই খুদিংমকসু মাগী-মাগী মতিক চাবা থবক অমমম তৌদুনা থাক ৱাংনা হিংজবা ঙাক্তনি। বিনোনা শেন্নরিবা অঙাংদুসু তাংনা ফংজবা অমত্ত পোকচবী নুপীমচানি। অঙাংদুনা ইমুংদুগী থৱাই ওইনা লৈরিবনি। মখা তাবা অঙাং অমুক হন্না উররোইদ্রবনি। অঙাংদগী চহি ফারকপগী ৰাঠ্‌দে নুমিৎ-নুমিৎ অদুনা বিনোগী লাইবক লেপ্পীখিবা ওইনা থোকখি। নুমিৎ অদো নিংশিংলুবদা বিনো তু চুংলম্মী, কপ্তবা ঙমদে। ঙসিসু নৌহৌননা মৈচাক হাপ্লক্লী।

বার্ঠ্‌দে নুমিৎনি। নুমিদাংৱাইদা তৌগদবনি। পিক্লিবা অঙাংদুবু পুথোক্তুনা মহৌশাগুম বিনোনা ওফিসতগী মমা হল্লকপা ঙাইজখি। মহাক্না থোঙ্গান্দা মমা লাকপা ঙাইবা ওইনা খুল্লোকপী শান্নরিঙৈ অঙাংদুগী ৱাখল কাওথোক্লম্মী। কাফৈ-কাফৈ চৎলকপা মখোং য়াওখৎলকপা মতাংনি। অঙাংদুসু মথন্ত চত্তুনা শান্নরি। খংহৌদে স্কুটর শিৎপগী অহৌবা মখোল অমনা বিনোবু খঙপ্রেক খঙহল্লকখি। লৈথোক্তুনা য়েংলুবদা উঁরকখি পিক্লিবা অঙাংদুনা পাক্লবা লম্বীমথক্ত অঙাংবা ঈ মরক্ত শাংনা হিপ্লিবদু।

অহিং থেংলফাওবা, পুন্সিগী কোকপা ঙল্লরোইদ্রবা মহাক্কী চাউরবা মরান্নি খল্লুবদা বিনো তুম্বা য়াখিদে। থৌদোক অদুগী মতুং চহি ওল্লকপদা অঙাংদুগী মমানা বিনোবু কৌশিন্দুনা মচাশক্লা য়োক্লকখি। মতম অদুদগী ঙসিফাওবা মচা কাইনবগী মৈরি বিনোনা মুৎথৎপিদুনা লাক্লি। লুহোংদুনা য়ুম্নাক-শাগৈ ওল্লফাওবা মমাগী মনাক্তগী খক লাপথোকত্রি। লাইবক ফবনা মমাসু অফবা ময়া অমা ফংজখি। অমরোমদা ময়ানুপাদুনসু মনেমবু মমামক্লি খঞ্জদুনা নৌনা মমা কাইনরকপগী মৈচাক কোকচরি।

তুম্বা য়াদ বিনোগী মফমদদি শাংলবা অহিং হায়বদু ওইরি। করিগী অসুক থুবা টেলিগ্রাম্নো হায়দুনা খনফম খংদ লম্মুক্লরি। তশেংনদি ময়ানুপানফাওবা মমাদা পুন্না চৎমিন্ননবা ফনা কন্না হায়জবনি। মনেম্না য়াখিদবনি অহল ওইশিল্লক্লে হায়দুনা।

নোংমা-নিনিসিদা মশু উরক্তবা, সেগা-মাইগা হায়নফম লৈরক্তবা কয়ানা মহৌশাগী মমাগী ৱাখল লায়নাদু হৌরকখি। তশেং-তশেংনা অকনবা অনাবা হায়বদু ওইরক্কুনা থুনমক পঞ্জাবতা টেলিগ্রাম তৌখিবনি।

বিনো মমাগী মনাক্ত য়ৌরকপা নুমিৎ মঙা-তরুক্লি শুরে। শোকচিল্লম্বা মমাগী ফিভম খংফ-ফরক্কুনা অমুক্ত হন্না টেলিগ্রাম থাননবা শেম শাই। ময়ানুপাগী মনাক্ত মমাসু চৎননবা থৌরাংজৈ।

— সার টেলিগ্রাম।

নুমিদাংৱাই থোইবনা ড্যুটিদগী হল্লকপদা আদলি অমনা ট্রেদা ঈশিং গ্লাস অমগা টেলিগ্রাম চেদুগা হাপ্লগা ভরন্দাগী সাইট টেবন্দ থম্মী। থোইবা ফমথৈ ফুইনা হোনবা শ্লোর অমগা লোইননা। টেলিগ্রামদু উবদা নিংজিং-মাংজিংবা, পাখৎচবা অমা ফাওজৈ। নুমিৎ হুন্নীগী মমাংদসু মমা নাবা ফরে হায়বগী টেলিগ্রাম অমসু ফংখ্রবনি অদুগা ঙসিনা করম্বা মরোলগী টেলিগ্রাম অমা অমুক! খল্লুবদা থোইবা লাইবক্ত হুমাং মরিক-মরিক কারকই। টেলিগ্রামগী মরোলদু পাই। হুমাং মরিক-মরিক কারবা মহাক্কী মাইথোংদো লিক্লা পক্লবা তখেল্লেগুম নোকমি-নোকমি হৱাওবগী মমি অমা তারকই। থন্না য়াওরম্বা ঈশিং গ্লাসতো করম্বা মতমদা থকখিবনো খংহৌদে, থক্কে খন্না হন্না অমুক য়েংলুবদা ঈশিং অমত্ত য়াওরমদে।।

# করিবু পুরকইবগে চৎনবীনা

– ইমাদো ঙসিদি অনাবা খজিক্তং নুংঙাইতে হায় য়ারগদি ওফিসতগী হল্লক্লবা তৌবিরো। হোসপিতালদনি। ঐসু লোইশিল্লম্মগে।

অশাংবা শ্বোর অমতংগা লোইননা অবদুলদো ফোন থম্মী। মখুৎ ওইনা মরাইবক্ত নানখৎলি। মমিৎ উইশিন্দুনা অশাংবা শ্বোর অমুক হোন্দোকই। টেবল মথক্ত লৈরিবা ফাইলশিংদুদা মুন্না য়েংঙি। খনফম খংদে।

অবদুল সাফিক– মৈতৈ-মুসলিম ওইজরবসু তোপ-তোপ্পা ফিভম অমদা থাক রাংনা হিংজবা মীওইনি। মহাক্কী লোইনবী তোম্বীসনা মৈতৈ নিংঙোলনি। কোলেজ তম্লিঙৈদগী মখোয় অনি খংনরকপনি। অবদুলনা আই.পি.এস. ফংলবা মতুংদা তোম্বীসনাবু লৌখিবনি। হান্না কোর্ট-ম্যেরিএইজ তৌরম্বদুনা অহল-লমনশিং না খাইদোক্লবগী হোৎনরম্বা পুম্বা অরেম্বা ওইখি। অচৌবা ৱাথোক অমগী মতুং দা মখোয় অনি লৈমিন্নরকখি। অমরোমদা মৈতৈ অহল-লমনশিংনা তোম্বীসনাবু শিখ্রবনি খন্দুনা চফুফাওবা থুগাইখ্রবনি। চৎনবীনা মরি পুন্নমক থদৎপগুম তৌরি।

অদুবু মমা-মচাগী থম্মোইগী মরিদুদি চৎনবীনা মাংহনখিবা ঙম্লবরা? ৱাহংসিমক হংজরি অবদুলগী থম্মোইনুংদা। ঙসিসু ময়েক শেংনা নিংশিংলি কৌটিতা পুথোরকপদা মচন্নুপীগী মখুৎ মবুংনা থুদেকখিবদু। নিংশিংলি হৌজিক্ত থোকখিবগুম হোসপিতালদা চৎলুবগী ৱাথোক। অহল ওইরবী মমাগী অনাবা পাউদা মমাবু উনিংবনা ঙাওরবী মাগী নুপীনা হায়মনবদগী হোসপিতালদা চৎলুবদনি। শাওনরম্বা পুম্বা মাংখিদুনা হান্নগী নুংশিনবগী মরিদু অমুক ফংগদরা খঞ্জদুনা চহি অহুমমুক্কী মচানুপাদু মবেনগী মনাক্ত হান্না চংহল্লুবদা মবুংগী চাউরবা খুবাক অদুনা পিক্লিবা অঙাংদুগী খজাইদা থারকখিবা। উপাই লৈজদ্রবা অবদুল সাফিক ময়া থক-খা চিক্লদুনা খাংজবা নত্তনা পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদে। ৱাঙাং থোক্ত্রবী মমাসু মচানুপাদা শাওনা য়েংখিবা, মচানুপী, ময়ানুপা, মশুবু উরগা পিরাং ইশঙ্থজখিবা নত্তনা করিসু তৌবা ঙমখিদে। মীমাং ফম্না, ইকাই-নুংশি য়ান্ননা থম্মোইদা খুত্তুম শিংলগা হল্লকখি। পুম্নমক অসি খল্লুবদা অবদুল হুমাং কাংঙি। ফুম্বংনৈ করম্না অমুক চৎকনি মমাগী মনাক্ত। হোসপিতালদুদা। অমরোমদা মাগী নুপীগী মতৌ, মমা উজনিংবগী নিংঙমদবা পিরাং। অমরোমদনা মবুং-মপ্পাগী অখাবা মিৎয়েং, চৎনবীগী লানঙমদবা পল!

– য়ুমদা পুথখরে হায়, থুনা লাকপিরো।

ইকান-কান্নদে টেলিফোন অমুক খিংলকই। অবদুল খঙবগুম তৌই মাগী নুপীগী কপ্পকপা খোঞ্জেন্দ। থিম্থদে, ফাইলশিংদু লোইশিল্লি। শিন্নবা য়াবা শিন্নরম্লগা ওফিসতগী থোক্লকই।

অবদুল য়ুম য়ৌরকপা খংহৌদে। ৱা ঙাংদে, তুমিন্না ফমথে অশাংবা শ্বোর অমগা লোইননা। মনেম-মকুনা মমৌবু কপ্পনবা থেমজিল্লি। চৎলুদরে কদাই, চৎলুরে করি থোক্লগবা খনফম খংদে অবদুলদো। খল্লি থম্মোইনুংদা চৎলবসু মৈতৈ মমান্নবা নত্রগা লৈকাইদুগী খংনবা অহল অমা-অনিগা লোইনবা ফৈ। ফোন পাইখৎলি, মথং-মথং রিং তৌই। মপানা মচানুপাদু চত্তনবা থিংজৈ। নুপীগী থম্মোইদি নুপীতনা খংঙি। শিবা হায়বসিদি লোইরবনি। ৱা থোক্লগা-থোক, লান থোক্লগা-থোক, মমৌগী পেঞ্জদবদু খজিক্তং ওইরবসু কোক্লনবা হায়দুনা মনেম্না চৎহনবীনবা হায়জৈ।

ইম্ফাল ভুরেলগী তোর্ব্বান্নি। মুসলিম ওংবী মৈতৈনুপী তোম্বীসনাগী মমাদি সংস্কারগী মৈরিথক্ত নিংঙাইদনা হিপ্লি। কিলোমিটর মখাইমুক্কী অদুৱাইদা অবদুলগী গারি খাম্মী। অহল খরনা য়ুম্মক নত্তবনিনা চংজরকপা কাইদে হায়রি। অহল

খরনা চংহন্দনবা থিংঙি। অমরোমদা অমুকসু মবুং-মপ্পাগী অয়াকপা ঋাঙাংনা লৈকাইগী কুম্মে ওইহল্লি। মৈরিনা ঋাইবিরবা মমাবু লাপ্পা খুরুমজবা নত্তনা করিদি তৌরুনি।

— ইমা নচানা লানখরেনে ইমা— নচাবু ঙাকপিয়ুকো— ইমাগী লমন খজিক্ত-ফাওবা শিংবা ঙমখিদরে— নচাবু ঋারৌবিনুকো ইমা— হন্দক মপোকসিগী ইমাবু উবা ফংলরোইদকো— নচাবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে ইমা — অমুক্তদি খুম্লম্মুনে ইমা !

চৎনবীগী পনখৈনা থৎপিখিবনা মমা কাইনবগী মৈচাক্লা ঙাওরবী তোম্বীসনাদো মমিংতম্না কপচবফাও ফংজদে।

অবদুল সাফিক থম্মোই পুবা ঙম্লমদে। নুংশিনা লৌজবা মাগী মৈতৈনুপী, পামজনা চৎচবা মৈতৈগী লোনচৎ পুন্নমক চৎনবীগী লাংদা পনখিবগুম থোক্লি। সমাজগী চৎনবীবু ইকাই খুম্নজরবসু জাতি অমগা জাতি অমগগী মরক্ত লৈনরিবা অথিংবা চৎনবীদুদি মহাক্ল নিন্দা তৌদবা ঙমদে। করিগী অসিগুম্বা চংনবা য়াবা-য়াদবগী, চারৌ-মৌরৌনবা য়াবা-য়াদবগী চৎনবীদুবু থম্বীরল্লিবা! করিগীদমক জাতি অমগা জাতি অমগগী মরক্ত অৱাং-অনেম, অশেং-অমাং খাইবিরল্লিবা! খল্লি থম্মোইনুংদা মসিমক্তনা থোকহল্লিবনি মীগা-মীগগী মরক্ত হাৎন-শুনবা, নুংশিনরক্তবা ফিভম কয়া। হংজরি মথন্ত মসিদগী হেনবা করিবু পুরকইবগে চৎনবীনা!

মৈরিনা হকচাং তুম্লক্লবদা অবদুল সাফিক থম্মোইনুংদা খুত্তুম শিংলগা মহাক্কী নুংশিজরবী মৈতৈচনুরাদুবু নুংশিনা কোনবীখি। তপ্পা-তপ্পা গারি মমাইসু লৈথোকখি।।

# থোইবীমচা এৱার্দ

মেরা থা– পুর্ণিমাগী ৱাফুকপা নুমিৎনি।

মেঙলবা থাজনা মোমোন নোক্তুনা ৱাংল অতিয়া তম্না কাখৎলক্লিবা অহিংগী থেংলবা মতমনি পাক-চাউরবা কা অমগী ময়াইমক্তদা ঙাংলৈনবা রেশমগী ফিদা মথক্ত অহল ওইরবী নুপী অমনা শিতার খোংদুনা ফম্লিবদু। অহল ওইরবী নুপী অদুগী কুচু অদো অসুক্কী মতিক ঙৌই ফজে মদুদি ইল্লিবা রেশমগী অঙৌবা শাল, খুৎশেমগী মেঙলবা থাংমৈ মঙাল, থোংনাওরোমদগী ফাওজিল্লকপা মেঙলবা থাবল কয়ানা মহাক্কী মাইথোংদা তাংজবগুম্বনি। তশেংনমক সরস্বতি লাইরেম্বীনা শিতার খোংদুনা ধ্যান তৌরিবমক্নি হায়বা য়াই।

নুংশিৎকী শাউম ফংবদা লৈরাংনা মঙক হাইগত্তুনা জগোই শারকপগুম শিতারগী খোঞ্জেল তারকপদা তুমদুন। লৈজরম্বা চহি তরামুক্কী নুপীমচা অমখক্তি শিতারগী খোঞ্জেল হৌরকফম থিরক্লি। যন্ত্রগী খোঞ্জেন্না মিকপ থোকহল্লবী নুপীমচাদো মবোকপু খংনিং-নিংশিংলকই। য়েংথোকলুবদা মবোক্কী ফমুং হাংনা উরকই। থিজরকই

অবোক্ক কদোমদা। লেপ্পরি থোংজিলময়াদা নুপীমচাদো। তৌথোক্তনা তৌরকপা মবোক্কী মতৌদা–অবোক করিনো তৌরিসিবো– থম্মোইদা হংনিংবা ফাওজে। মসিবু অবোক্কনে অসুক য়াম্না ফজরিসিবো-খঞ্জে মথন্ত মবোক্কী মাইথোংদা মুন্না য়েংলদুনা। অশেংবনি চহি মরিফু তানখৎলবসিফাওবদা ফজবগী ময়েং তাদ্রি। মতম অমদা ফজবদা নত্তনা লংথাবানগী জগোইশাবী থোইবীমচা হায়না ফাওরম্লীবনি। তশেংনমক ঙসিদি নুপীমচাদো মবোক্কী শকফমদুনা শুমহৎখিবদা নত্তনা অঙকপা অমসু ফাওররি– করিগী অবোক্কী মাইথোংদা পিরাং শিষ্ণরিবা!

অহল ওইরবী থোইবীমচা ঙসিদি থনুংদগী পিগী ইফুৎ ফাওরকপগুম তৌরি। পুন্সিগী অচৌবা মাইপাকপা, নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা থম্মোইনুংদা মতম কুইনা তুমদুনা লৈরক্লবা মৈগী-চীং অমা পোখাইরক্লি। মিকুপ খুদিং থম্মোইনুংদা নিজরি ঙসিসিমক তাথরক্লবা পুন্সিগী অরোইবা মতম ওইহনবীয়ু। কন্নানা খংলুবা ঙমগনি মহাক্কী থম্মোইনুংদা করম্বা মৈগী চীংনো হায়বা।

থোইবীমচা– মপ্পা অমখক্কা য়াম্না নুংঙাইরবা ইমুং অমদা হাইনা-হুন্না হৌরক্লম্মী। পিক্লিঙৈদগী জগোইদবু পামজরক্লবী থোইবীমচা অহল ওইরফাওবা জগোইদা মশাগী লন-থুম ফাওবা কৎথোক্লি। তশেংনমক মণিপুরী জগোইগী লময়ানবী অমনি হায়বা য়াই। নহা ওইরিঙৈদা পৃথিবীগী তোংঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা মণিপুরী জগোই উত্তুনা মণিপুরগী শক্তমবু তাকখিবী নুপীনি। মহাক্কী লমজীং মখাদা জগোইগী সংস্থান কয়া লিংখৎখি। অসিদসু নত্তনা জগোইগী কোলেজ অমসু লিংখৎলম্মী। মমৈথংদা মণিপুরী জগোই সংস্থানগী ডিরেক্তর ফাওবা ওইখি। মীয়ামগী তৌবা য়াবা থবক কয়ামরুম তৌরম্লগা ঙসিদি থোইবিমচা থবক্তগী পোথাখরে। অদুমকপু মীয়ামগী খনবদি লেপ্পমদ্রি। মহাক্ক হিংলিঙৈদা মশাগী মিংদা এর্রাদ অমা থমদুনা মখুৎমক্ক এর্রাদিতুবু পীবা পামজরম্মী। মতম অদো, নুমিৎ অদো ঙসিদি ওইররে সরকারগা খুৎশম্নরগা শেমখিবা "থোইবীমচা এর্রাদ"। মেরাগী পূর্ণিমা, ৱাফুকপা, মশাগী মপোক নুমিৎসু তারবা নুমিৎসিদা পাং থোক্লি লৈবাক্কী অচৌবা কুম্মে অমা ওইনা অহানবা থোইবীমচা এর্রাদ। ঙসিগী অহানবা ওইনা এর্রাদ ফংলবী নুপীমচা অদো তশেংনা থোইবীমচামক্লি হায়বা য়াই। মমিংমকসু থোইবী কৌই। অহল ওইরবী থোইবীমচাগুম লম য়ৌনা ফজে, ৱাং চাউই। কুচুদা, শকওং-শাদাদা, শাথেক্ত, করি অমুক হায়রুনি এর্রাদসিমক ফংবদা মতিক চাই। হৈনসু খল্লি। থাগৎনিংঙাইনি। এর্রাদ ফংলিবী নুপীমচাসিসু রশিয়া,

ফ্রান্স, জর্মন্, জপান, সাউঠইষ্ট এসিয়ানগী লৈবাকশিংদা কোইনা চত্তুনা মণিপুরী-জগোই উৎলুরবীনি। এর্বাদ পিরমদাইদা নুপীমচাদুগী ৱাইও-দতা লাউথোরকপদা অহল ওইরবী থোইবীমচাদি খংহৌদনা থম্মোই নিক্লকখি। এর্বাদ পিরবা মতুং নুপীমচাদুনা তোংঙান-তোঙানবা ষ্টাইল্ অহুমদা মৈতৈ-জগোই উৎখি। নুপীমচাদুনা ইফুৎ ওইদুনা অহল ওইরবী থোইবীমচা ঙসিদি থম্মোইনুংদা নৌহৌননা মৈরি হৌরক্লি।

— জগোই মখা চৎথখিগে হায়রবদি য়ুমসিদা অমুক হঞ্জিল্লকত্রবসু য়াগনি।

অথেংবা অহিং অমদা হায়রকখিবা মপুরোইবগী ৱাহৈ অদুবু তাশোন্নি খল্লুবদুনা ঙসিদি চৈনা ওইনা ফাওররে। লুহোংবা থা ফাদ্রি, নুমিৎ অদো মহাক্ন জগোই উৎলুবগী হল্লকপদা নোংয়াই মতুং পুং অমা হেন্নখিরম্মী। মমাংগী নুমিৎশিং-দসু অসুম্না নুমিদাং থেংনা-থেংনা হল্লকখি। মনেম্না খর হায়জবা নত্তনা মাগী নুপাদি করিসু হায়রমদে। হায়রক্তবদুনসু মথন্ত ইকাইবা ফাওজখি। মহাকসু মুন্না খংঙি মপুরোইবা লৈরবী নুপী অমনা করম্না চৎকনি হায়বা। অদুবু করিদি উপাই লৈরুনি ইন্দিয়ান গর্বমেন্টকী মখাদা এগ্রীমেন্ট তৌনখিবা উৎকদবা জগোই ঙাক্তনি। সাউঠইষ্ট এসিয়ান লৈবাকশিংগী ওইবা কলচরেল ইক্‌চেঞ্জ প্রোগ্রাম অমা নুমিৎ মঙানিগী ওইনা মণিপুরদা তাবনি। মহাক্তি ইচম-চম্না জগোই উৎলুবদনি। অমরোমদসু মতম কুইনা নুংশিনরগা লুহোংদুনা লৈমিন্নরিবনি। য়ুমগী মৌ ওইরবসু জগোইদি থাগোক্লোই হায়বসি মাগী নুপানসু য়ারিবনি। মসি খংনা-খংনা ঙসিগী অহিং-সিদদি খংহৌদনা মখোয় অনিগী মরক্ত অচৌবা চীং অমা নিংখাইরক্তুনা শক উনদনবা খিনখিবগুম্বনি। পেন্নদবগী চৈথেং অমনা অহিং অদো তুম্বা য়াহন্দ হৌখিবা খংহৌদে। নোংঙানবদদি মাগী মপুরোইবদুতা নত্তনা মনেম-মকু, ইমুংগী মীওই অমত্তনা মঙোন্দ কৌবা-ঙাংবা তৌরমদে। ৱাহৈ অমফাওবা হায়রমদে। মসিনা মঙোন্দ হায়ফম খংদ চৈনা অমা ওইহনখি। ইমুংদুগী হন্থনা য়েংবা মিৎয়েংদুদা থোইবীমচা মথন্ত ইকাই-নুংশি য়ান্নজখি। তুমিন্না কপচবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। তৌফম খংখিদে। খনবা য়াবমখৈ খল্লগা পুন্সিগী অরোইবা ওইনা য়ুমদুদগী খোং থাংদোরকখি। মতমদুগী হৌনা থোইবীমচা য়ুম পানবগী ৱাখল থাদোক্তুনা মণিপুরী জগোইগীদমক কৎথোক্লি।

থোইবীমচা এর্বাদ ফংখ্রবী থোইবী- থোইবীমচাগী মপুরোইবনা মহাক

কাইনরবা মতুংদা অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা পোকখিবা মচানুপীনি। মহাক্কী মপুরোইবসু থোইবীমচানা য়ুমদুদগী খোং থাংদোকখিবা নুমিত্তুদগী থম্মোই কাইদুনা অদুম্মক লৈহৌরবনি। মহাক্ক পোকচবা মচানুপীদু মহাক্কী চান্নবীগী মমিং লৌদুনা "থোইবী" হায়না থোনবতা নত্তনা চান্নবীদুনা পামজখিবা জগোইদসু মপুঙ্সিফাওবা কৎথোকহল্লি। ঙসিদি অহল ওইরবী থোইবীমচা তশেংনমক থম্মোইনুংদা ফুম্নল্লবা মৈগী-চীং অমা পোখাইরক্লুনা চাক্লকপগুম তৌরি।

– নুপীমচা লাও। ঐগী খোংজি, ঐগী খুজি, লিক-কোল, ময়েকনাইবা লোইনা পুথোরকউ।

মমিৎ পাংথোরকপদা মশুনুপীদুনা মমাংদা লেপতুনা লৈরল্লিবদু উই। থোইনা ঙকলুদে। মশুনুপীদুনা মবেনবু মতম খুদিংমক্ত শেন্নদুনা লৈরিবনি। নুপীমচাদো খুমদে, তুমিন্না অসুম লেপতুনা লৈ। থৌশারুদে। করিগুম্বা মতমদসু মবেন্না অসুম্না ফৈরেংনবা ৱা কয়া ঙাংদুনা লাকই। মহৌশাগী মতৌনি খল্লি।

মৈরানবীনা থৱাই থারমদাইদা মৈরিগী ৱাখন্দ ঙাওরকপগুম অহল ওইশিল্লক্লবী থোইবীমচা পুন্সিগী মমশিল্লক্লবা তাংকক্সিদা নুংশি-কাইনা মৈরিগী ৱাখন্দ চাক্লক্লি। অঙাওবীগুম ওইরক্লি। খন্থরুদে মহাক্ক লৈরিবসিনা কদাইদা, সংসারসিনা কদোমদা! অচৌবা কাদুগী অকোইবদা লৈরিবা জগোই-ঈশৈগী যন্ত্রশিং, নহা ওইরিঙৈদা ফংলকখিবা মেডলশিং, মখল কয়াগী খুদোলপোৎশিং, মরোলনাইনা থল্লিবা ফিরোলশিং, লাইরিকশিংনা মঙোন্দ লক্লরকপগুম থোক্লরি মিকুপসিদা। থোইবীমচা ময়ামদুবু মুন্না য়েংলগা তপ্প-তপ্পা হৌগৎলকই। মথং-মথং, অমমমতং লংবা হৌরকই। পাখৎচাউবী নুপীমচাদো মবেনবু খামজবা য়াদ্রবদা মমা-মপাবু কৌ-কৌদুনা কপ্পা চেনথোকখি।

– ইচেবু কৈদৌহৌরবা!

মপ্পা অমখক লৈজবদো মাং থাদুনা তফিং-তফিং চেল্লকই। বঙ্গলোগুম পাকচাউরবা য়ুমজাইদুগী কাশিংদো মথং-মথং ফাওরকই। তারকই হৌরবা শিতারগী কোঞ্জেল। মচেমগী মনাক য়ৌবগা হৌরবা যন্ত্রগী খোঞ্জেন্দো খংলেপ-লেপখি। অদুবু মপ্পাগী থম্মোইনুংদদি মিঙ্নগী খোঞ্জেল খনকন-কনখৎলকই। অৱাবনি, যন্ত্রগী খোঞ্জেল লেপখিবগা লোইননা অহল ওইরবী মচেম থোইবীমচাগী পুন্সিগী অরোইবা শ্বোরগী খোংজেনসু লেপখিরম্মী।।

# অথেংবা অহিংদা চাক্লিবা লাম্মে

"মতম কুইরবগী তুংদা ঙসিদি নহাক্ত থেংনখি ইখং-খংহৌদনা। নহাক্লা করি খনখিবনো হায়বদুদি খংবা ঙমখিদে। অদুবু নহাকসু ঐগুম্না অশাংবা শ্বোর অমত্তংদি হোন্দোকখিব্রা খল্লি। নহাক্ল খল্লম্বা য়াই ঐদি য়াম্না নুংঙাইরমগনি। ঐনসু খল্লি নহাক্তি য়াম্না নুংঙাইরমগনি। তশেংনমকসু নহাক্কী মাইথোংদা নুংঙাইবগী মমি অমখক্তি তাবগুম তৌই। ঐহাক্তি নহাক্ত হেক উনবা মিকুপ্তা থম্মোই নিকখি। নহাক্ল করিগুম্বা অমুক্তংগা য়েংলক্লম্বা থোক্লগদি ঐগী খজাইদা পীগী মমি অমতং তাখিবদু উরমগদবনি। ঐদি নহাকপু মিকুপ খুদিংগী নিংশিংলি। নহাক লুহোং-জখ্রবসু ঐঙোন্দদি অহোংবা থোইনা লৈতে। নহাকপু অদুম্মক নুংশিরি। অদুবু করম্বা নুপীজা ওইবী ঐগুম্বনা পাঙ্গল থোকপা ঙমলুগনি থম্মোইনুংদা নহাক্তবু শোন্দুনা লেঞ্জবা নত্তনা। ৱারবা-চিরবা মতমদা নহাক নত্তনা কনাবুসু নিংশিংদে। ঐগী অৱাবসে নঙোন্দ য়াম্না তমজনিংঙি। নহাক্কী নকাদা ঐগী পোথাফম ওইজ-নিংঙি। ঐগী নুংঙাইবদা নংবু য়াওহন্নিংঙি। নহাক্কী নফমদা ঐগী নুংঙাইবসে অমত্ত খাক্তনা শিন্নজনিংঙি। নহাক্কী নুংঙাইবদা ঐনা পেম্লোকচৈ। নহাক্ল ৱাবা উরগা ঐনা কপচৈ। অদুবু হে নুংশিবা, ঙসিদি ঐগী পেম্লোকচনবগী পাঙ্গল অদো মাংখিবগুম তৌরে।" মতম অসিদা অহিং ময়াই চল্লকপগী গির্জ্জগী কাংশি য়ৈরক্লি। কাংশি মখোন্দুগা ঈরোইননা আশা অশাংবা শ্বোর অমতং

হোন্দোক্লগা অতিয়া তম্না কাখৎলক্লিবা থাজবু থোংনাউরোমদগী য়েংজরি। ঙাইহাক মিৎ কুপ্তনা য়েংলবা মতুংদা মহাক্কী থম্মোইনুংদা করি খল্লবনো থোং নাউদু তপ্প-তপ্না থিংজিনখি।

আশা, অনিশুবা মথোনগী পাক-চাউরবা ভরন্দাদা থোক্লক্তুনা থাজবু অমুক পেন্না য়েংজরি। থাবলগী মঙান্না চাউরবা য়ুম অদুগী কাচিন-কোইয়া থুংনা ঙাল্লি। তশেংনমক খুৎশেমগী থাংমৈনা থাজগী মঙান্দ তাংজরি। অদুবু থাজ মহাক্তি অশাগী মাইথোংদা তাংজবগুম তৌরি। অদুগা অমুকসু মহাক্কী ঈংনা মেঙলবা মঙান্না আশাগী লূরবা ঈং-তপ্পবা শকফমদা তাংজরি। অসিগুম্লগা অশাগী মাইথোং উবদা নোংমদোল-থাজদি ইকায়রমাল্লে লৈচিল মরক্তা অমুক-অমুক চেনশিন্দুনা লোৎলি। হন্দক্তি থাজ মহাক্তো চপ লেপখ্রে ঙক্রুমাল্লে- অসুক ফজখ্রবা অসুক নিংথিজখ্রবা আশাগী মাইথোংদা করিগী পীগী মরিক!!

অহিংনা থেংজিল্লক্রবা মতম, থাবলনা মেঙনা নিংথিজরক্লবা তাঞ্জাসিদা আশাগী থম্মোইনুংদদি নুংশি মৈরিনা মকা ফন্না চাকপা হৌরক্লি। তাইনফম খংদ্রবা মহাক্কী থম্মোইনা থাজবু উরগা ৱারৌরি। "হে থাজ, নহাক অসে ওঙ্গোক্লসু নুংশি হৈতেদা। নহাক্ল ঐগী নুংশি মৈচাক হেনগৎহল্লিবা করিগীনো?" আশা, গল্লাদা হৌরিবা কেক্তস পাম্বী অমগী মরূমদা ফমথখি। তিংখঙনা য়োল্লবা কেক্তস পাম্বীগী মরূম থুপ্তুনা মহাক্কী নুংশি-কাইন মৈচাক খাংজরি।

"নুংশিবা, নহাক অসে ওঙ্গোকনসু ময়ায় কনখ্রেদকো! কাওগে খনবনা থোইনদুম মৈচাক ওইহল্লে। নহাক খংদ্রমাল্লে ঐগী নুংশিবদি ঙাইহাক্কী নত্তে হায়বসে। ইশাগী ওইজবা তানগে হায়দুনা নুংশি শাশিন্নবসু নত্তে, অপাম্বা খরগীদমক নহাকপু নুংশিরুবসু নত্তে। খংঙু, ঐগী নুংশিবদি অশেংবনি, মতম পুম্নমক্লিনি। নহাক খংদ্রমাল্লে, নুংশিবা মপাঙ্গোংগী হকচাংদা নত্তে, থম্মোইনুংগী অত্মাদনি হায়বসে। অত্মানা লৈরিবমখৈ ঐগী নুংশিবসু লেংলরোইদ্রবনি। কয়ারক হন্না ত্যাগ তৌরুরবা, কয়ারক হন্না সাধনা তৌরুরবা মতুংদা নহাক্কীদমক লেপলুবনি। নহাক্কী ৱাহৈদুনা করিগুম্বা অনিরক হল্লক্রমদ্রগদি ঐগী থম্মোইদা ত্যাগ-সাধনা হায়বদু লৈহল্লম্লোইদবনি। অশেংবা নুংশিবদা কৎথোকপা -থাদোকপা চংঙি। মদু পুম্নমক ঐঙোন্দসু ৱাক্তনা লৈ। নহাক্কীদমক লৈজবা পুম্বা কৎথোক্লি। ঙসিসু নহাক্কী অপাম্বগী মতুংইন্না থাদোক্লি। অদুবু হে চান্নবা, ঐগী কৎথোকপা মপূং ফাদ্রিঙৈদা নহাক্ল ঐবু ঈপাক অমদা থম্বীরমলে। মসিনা ঐগী থম্মোইনুংদা পেন্দবা অমখক্তি ঙংদুনা অদুম্মক লৈহৌরেদো। " থাজগী হাইথরকপা মাইথোং তম্না আশাগী মাইথোং অতিয়ারোমদা তপ্প-তপ্না হাইগৎলকই। থাজগী মোমোন নোকপা মাইথোং

উরগা আশাগী মিৎলুদা পীরাং শিঙ্গরী। থাজগী নিংথিজবা মাইথোং, অদুগুমবা মিনোক অদু মাগী পুক্সিদা লাক্লরোইদ্রবগুম খল্লকই। থাজগী খোংচত্ত লৈচিন্না মতুং ইন্নরি। থাজসু লৈচিনগী মথানুংদা অমুক-অমুক লেপচরি। করিগুম্বদসু মখোয় অনি চেন-চোংদুনা শান্নবগুম তৌরি। অসিগুম্বা মখোয় অনিগী নুংশিনবগী ইরাং উবদা আশাগী থম্মোইদি মচেৎ তারক্লি। কনা উদ্রবা, মীচিক-মীরাউখোল তাদ্রবা মতমসিদা মহাক্তি হিক্ল-হিক্ল কপচরি। অমুকসু কনা উরমগনি মতাগুম মপি তৈথোক্তুনা মাইকৈ থুংনা য়েংজরি। মহাক্কী নুংশি মৈশা খাংবা উবদা লেংলি-পাল্লিবা পুম্বদি তুমিন-তুমিন লেপ্লগুম তৌরি। অদুবু থাজ মাদি নিংঙাইদনা আশাবু কপহনগদবগী হোৎনরি।

"হে চান্নথোইরবী থাজ, ঐগী নংশি মৈচাকসে নহাক্ল অমুক্তংদি ঈংহনবিয়ু কৈদৌবগে। নহাক্ল ঐগী ইকাদা ঙাল্লবগুম জগৎ থুংনবা ঙাল্লিবনি। পাম্মুবা মহাক্কী মকাদসু ঙাল্লিবনি। নহাক্ল পাম্মুবা মাবু উরবদি ঐগী ইপাউসে তম্বীয়ু। নুংশি মাগী মকাদা নুংশি মৈচাক খাংদুনা ওন্ন-থোইনা লৈহৌই হায়না অমুক্তদি তম্বীয়ু কৈদৌবগে। নহাক্ল ইপাউ তম্বীরুই তাবদা থম্মোই অসে খজিক্তংদি ঈংজগে।" নুংশি মৈচাক খাংবদা আশা অঙাওবীগা চপ মান্নরি। তশেংনমক মহাক্কী থম্মোই অথেংবা অহিংদা চাক্লিবা লাম্মৈ ওইররে।

নুংশি-কাইন মৈচাক খাংবদা আশা অহিং খুদিং কপতুনা লেল্লক্লি। অদুবু ঙসিগী অহিংসিনা মাগী পুক্সিদা হেন্না মৈশা লাংহনবগুম তৌরি। কনানা খংগনি থাবলগী মঙান্না মৈশা লাংহল্লিবরা! নত্রগা নুমিৎ অসিমক থামম্বা অহিং ওইরল্লবদি আশাগী থম্মোই অসুম্না মৈশা লাংলমগদরা! নত্রগনা আশাগী পুক্সিদা থাবল ফরবা অহিং হায়বদু ঙসিতমক লাকপজাৎলা! থাবল ফরবা অহিং কয়াদা মহাক্কী থম্মোইনুংদা অসুম্না মৈশা লাংখিদ্রিবনা করিগী! পুম্নমক অসি আশাগী থম্মোইদনা খংবা ঙমগনি।

আশাগী পুক্সিদা মীওই অমখক নোংলৈ ওইনা লাক্লম্মী। মীওই অদুবু মহাক্না থম্মোইনুংদা লাৎচরম্মী। অদুবু ঙসিদি মহাক চৎখরে আশাগী থম্মোই-লৈকোনবু নৈহৎপীরল্লগা। নোংলৈনা নৈহৎপিরল্লবা থম্মোই ঙসিদি মৈংশা লাংহৌরে। নুমিৎ খুদিংগী আশাগী থম্মোইনুংদা নুংশিবা ঋরিনো হায়বদু নৈনরক্লি। ঙসিসু নৈনরি। অদুবু চনৈনরবা ঝাখলগী ঈপাক্ত মিৎকী পিনা হেক-হেক পাথোকহল্লি। খনফম খংহন্দে। করিগুম্বদা মহাক শিজরগে থৌরাংজে। শিবমক্তি ঙমদবনিনা মথন্ত মরাইবক্ত খুতুম্ন শুজৈ, কাইন-মৈচাক খাংজৈ। করিগুম্বা মতমদসু কনা খংদ-উদবা মফমদা চৎখ্রগে নিংজৈ। অদুবু নুপী ওইবীগী মপোক্লীনা পাঙ্গল থোকপা ঙমজদে।

কায়রবা থম্মোইবু হায়ফম-তমফম খংদে অহিং খুদিং ওন্ন-থোইনা খাংজরক্লি। নুংশি মাগী ৱাখন্দ লৈজরিবা মখে নুংঙাইবা ফাউজরি। মহাক্কী ৱাখন্দ কপচরিবগী মতিক অপেনবসু পোকচরি। অদুবু ঙসিগী অহিংসিনা আশাগী মফমদা করম্বা অনৌবা মৈচাক অমা অমুক ...!!

লুহোংখ্রবা মতুং, কুইরবগী মতুংদা ঙসিদি খংহৌদনা আশাগী চান্নথোইরবা মহাক অদো থেংনরুই। শক্কা-শক্কা উনদ্রিঙৈগী খাংজবা মৈচাক্তি লুহোংখিবগী থৌদোক্কা মৈরি ওইদুনা খাংজরম্বদনি। অদুবু ঙসিদি থৌদোক কয়াগী নিশিং মৈরিনা আশাগী থম্মোইন্নুংদা অমত্ত ওইনা চাকপা হৌরক্লি। "নিংশিংবা নহাক্ক ঐবু তত্তনা ওৎপিরে। পাঙ্গল শোল্লবী নুপীজা ঐগী শদোংবু নহাক্ক চিকথৎপিরে। নহাক্ক ঐগী নুংশিববু ইনাক্ত হেক-হেক পুরকইবা করিগীনো।"

আশা ৱাখলগী ঈপাক্ত ঈরাক্লরি। কায়নবগা নুংশিবগা মরি লৈনবরা! নুংশিবগা থুংনবগা মরি লৈনবরা! ৱাফমসিদা মহাক তত্তনা খল্লি। খনফম খংদ্রবা আশাগী থম্মোইনুংদগী অশাংবা শ্মোর অমতং ফুইনা হোন্দোরকই। "পুন্নমক নুংশিবগা মরি লৈনে। অমনা কপ্পগা লোয়নে, অমনা নোকপগা লোয়নে। কপ্পা-নোকপা তোং-ঙাঞ্জরবসু নুংশিবদি লেংদ্রবনি। অদুবু হে নুংশিবা, থুংনবা হায়বসিদি নুপা ওইবগী হক্লি। নহাক্ক ঐগী পুন্সিদা লাক্লি কায়নবদা মৈচাক হাপ্লগে হায়দুনা। Rememembarance is the sweetest flower in the garden of love নহাক্কা ঐগী ওটোগ্রাফতা অসুন্না থম্বীরমদ্রগসু ঐহাক্তি নংগী মৈরিদা অদুম্মক চাকহৌরগদবনি। Remembarance is the desease of heart নহাক্ক মসিমতং খংনা চৎপিরল্লবদি ঐগী থম্মোই ইংলম্বা য়াবনি। নহাক্কী নফমদা নিংশিংবগী শক্তম মুৎখ্রবসু ঐগী থম্মোইনুংদদি নিংশিংবগী মমি ময়েক হেন্নদুম শেংলক্লি। অদুগা হে চান্নবা, খংবীয়ু, ঐগী নিংশিংবদি নুংশিবগী পাঙ্গল হাপ্পা থৱাইনি।" মতম অসিদা অহিং মমৈ ওইরকপগী গির্জ্জাগী কাংশি মখোল তারক্লি। নোংমদোল থাজদি আশাবু থেংজিনবিরম্বা তৌদনা ময়ুম মাইকৈ পাংখি।

আশা, মিকপ মচা অমতং তুম্বা য়াব্রা য়েংগে খন্দুনা ফল্লম্বদগী তপ্ন-তপ্না হৌগৎলকই। আশাগী নুংশি-কাইন মৈচাক খাংবা উবদা নোংমদোল লিক্লাসু ঙসাইমখে অৱাবা খাংদবা শরুক য়ারল্লিমাল্লে আশানা চংখিবা উবদা পিগী মরিক অমা-অনি তারক্লি।।

# সরকার শেন্নবগী খুত্তুম

ডিনর পার্টি অমগীদমক লিরি-লিরি থৌরকপা এম.এল.এ. মনিবাবুগী কারদো গর্বনরগী বঙ্গলো মনুং হেক য়ৌবগা সাইট-গ্লাস চিংথৈ। মাগী নুপীদা হায়রপতং য়েংলগা মনিবাবুদো খোর ফুইনা হোন্দোরকই। শাংলবা লম্বীদা নুংশিংফাওবা চংহন্দবা মখৈ ফুনগত্তুনা লাকপনি। মফম অসি য়ৌরকপদা চিংনরম্বা পুম্নমক মাংখিদুনা ব্লাখলসু তশেং-তশেংলকই। তুংগী সিকুরিতি গারি অনিদুদি গেটতা লেপহৌই।

এম.এল.এ. মনিবাবু– মাগী নুপীগা লোইননা ব্রেইটিং-রুমদা চংলকই। মফম অদুদা হান্ননা ভি.আই.পি. খর, এম.এল.এ. খরসু ফম্লম্মী। তুংথ-মাংথ গর্বনরনা ইমুংদগী থোক্লকপগা মপা চানৈ। মাগী নুপীসু য়াওরকই। হ্যেণ্ড-শেইক তৌনদুনা ব্রেলকম তৌই।

— রাজনিতিগী ব্রা ঙাক্তসু নত্তনা ঐগীদা অসুম্না নোংফাদোকসু ফ্রেণ্ড-সার্কলগী ওইবা চাকলেন অমা তৌবা হায়বসে তঙাইফদবনি। মসিনা

লৈবাকসিগী অপুনবা শক্তম, মরা চেৎপা অমসুং ঈং-তপ্পা হায়বদু পুরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবনি...।

গর্বনরগী মহৌশাগা মান্নদবা তোংঙান-তোংঙানবা ৱাফমশিং পুশিল্লক্লুনা পিবা ভাসন্দুদা মনিবাবুদি মাইথোং খজিক্তং মকশিনবগুম তৌই। ভাসন লোইশিনখিবগা ইরোইন্না মেন-সর্বন্ট খরনা অচা-অথকশিং পুশিল্লক্লুনা টেবলদা থম্লরি। জেইনশিংগী টেবলদনা হুইস্কি-ব্রেণ্ডি, অদুগা ফোং-ফোং শারবা মীট। লেডিসশিংগী টেবলদনা বিঅর বোটল, অদুগা অথুম-অহাও কয়া। ময়ামদু ইরাং-লাংনৈ। লনাইগী ওইবা ৱারি কয়া হৌনরকই। নুপাশিংদু য়ুগী নিশা কানরকই। মাগী-মাগী পুক্লিংগী ৱা ফোংদোক্লরকই। প্লেট অমদগী প্লেট অমদা লান্নরকই। নিশা পানখৎলক্লবা এম.এল.এ. মনিবাবুদো গর্বনরগী পর্সনেল গার্ড অনিদুদা অঙাংবা য়ুগী অচৌবা গ্লাস অমমম লানশিল্লি। গর্বনরসু পাইয়ু হায়বগী ইঙ্গিৎ পিরকই। গর্বনরদো নোকফেৎ তৌজে। মসিদা তাহন্নবা শিনবা ওইরম্বসু য়াই। ঙাইহাক লৈরগা চাকলেন অমুক পুশিল্লকই। নুপীশিংদি চাকলেন্দু হাউনা চাই। ঙাওরবা নুপাশিদি খর-খর চাই, চাদবসু য়াওনৈ। গর্বনরদি য়ুগী নিশা লৈতবগুম তৌই। অসুম্না নুংঙাইরবা ডিনর পাটিদু লোইশিনখিবা খংহৌদে। অতিথিশিং অমমম-অনিনি হন্নখিদুনা এম.এল.এ. মনিবাবুদা ঙাইহৌরে। মহাক্তি য়ুগী নিশানা টেবলদা মমাই উপশিন্দুনা লৈরি। হৌদোকপা তাৱিদ্রবদা মাগী নুপীদো উপাই লৈত মনাক্ত ফমথৈ। তরাউ-তরাউবী মমিৎ অনিদুনা মখোয়বু শংলিবা গার্ড অনিদুদা কিরুপ-কিরুপ য়েংজৈ মতেং খর নিজবগুম।

— ৱা শাংথনা ঙাংনগুমসি, কংগ্রেসতা সপোর্ট তৌরে হায়দুনা মসিদা শোই তৌ!

অতিথি ময়াম থিন্দোকলুরগা গর্বনরদো কা মনুংদা তপ্না চংলকই। মাগী ইঙ্গিৎ মতুংইন্না গার্ড অনিদুনা মনিবাবুবু ফিভম চুন্না ফমহল্লি। মমাইদা ঈশিং চাইশিন্দুনা জ্ঞান তাহল্লি। গর্বনরগী ফোর্স ওইনা শিজিন্নরকপা ৱাঙাং-ধমকাদা মনিবাবুদো মমিৎ খংশিং-শিংগৎলকই। হান্নগী ফিরেপতু হোংলোই হায়বগী অকনবা তর্ক তৌনৈ। গার্ড অনিদুনা মনিবাবুগী মচিন-ময়া, মখোং-মখুৎ পুনশিনখি। তুমিন্না য়েং-লম্বদগী মাগী নুপীদো পাখত্তুনা লাউরকই। খুদক্ত গার্ড অমনা মথবাক্ত নোংমৈ মনিংনা খংথিন-থিনবদা এম.এল.এ. মনিবাবুগী নুপী লৈমাইদা তুথখি। ঈ কানা ঙাংখৎলক্লবা গর্বনরগী মমিৎ অনিদো মনিবাবুদা মুন্না য়েংদুনা মখুৎমক্ল ময়াদা ফিবুন নম্বা হৌরকই।

থেংলবা অহিংনি। ইক্-ইক্ হায়বা খোঞ্জেন্দা এম.এল.এ. মনিবাবুগী নুপী

মিকপ খংথোক-থোকই। মশা নোমদুনা মপুরোইব্বু হৌদোকচৈ। তপ্না মমিৎ পাংলকই। শ্বোর শাংনা-শাংনা হোন্দুনা হৌগৎলকই। ফমুং ময়াইদা ফম্মী। সাইট টেবলদগী গ্লাসতু লামদুনা ঈশিং য়াওম অমা চিংলগা মাগী নুপীবু তপথহল্লি করিসু লৈতবা মঙলাক্লবা অমখক্তি হায়দুনা। অদুবু থম্মোইনুংদদি হংজরি করি মঙদানো! চুরুপ চমখত্তুনা মুন্না ৱাখল তৌই। মোন ময়াদা লৈবা টি.ভি গী রিমোট কন্ট্রোলদু উরকই। নোকফেৎ তৌই। নিংশিংলকই তুন্নমদাইদা য়েংখিবা Throne of Blood জপানিজগী ট্রেডিশনেল কষ্টমসদা নমথোক্লবা মেকবেটনি। জপানিজ মচা অমনা মঙোন্দ খুদোল তৌরম্বনি। অদুবু থম্মোইনুংদদি চিংনবা অমা ফাওহল্লি মেকবেটকী ৱারিদুনা মাগী তুংদা লাক্কদবা খুদোংথিববু তাকপিরম্লিবরা! মথং নুমিৎকী নুমিদাংদা লৈবা গর্বনরগী চাক্লেন অমগী বার্ত্তন্দুগী অর্থনা করি- মথন্ত হংজৈ। মওং-মওং খল্লি। য়ানরিঙৈ মতমদা গর্বনরবু চেন্নবা কেশ কয়া নমশিন্দুনা থমখিবা, শুক্লম-সাসন্দা এম.এল.এ. কয়া ডিসক্কালিফাই তৌখিবা, অসিগুম্লবা লৈবাকসিগী ওইবা মাংজবা কয়া উরক্লবা মতমসিদদি এম.এল.এ. মনিবাবুদো নৌহৌননা নিংঙমদবগী চৈনা অমা ফাওররি। ফোংনা শিংননিংবগী মৈরি অমনা মহাকপু লৈতাহন্দে।

এম.এল.এ. মনিবাবু হন্দক্ক অহুম্লকশুবা ওইনা কারক্লবা রীজনেল পার্টিগী মীহুৎ অমনি। পার্টি অমত্তনা মেজোরিতি ফংনদ্রবদা এম.এল.এ. অয়াম্বনা মঙোন্দ চুংশিন্নবা সরকার অমা শেম্নবা সপোর্ট তৌরিবনি। অদুবু গর্বনরগী অপাম্বদি কংগ্রেসনা লুচিংবা চুংশিন্নবা সরকার অমা লৈহনবা হায়বসিনি। গর্বনরগী মাইয়োক্তা লৈপ্লবা এম.এল.এ. মনিবাবুবু থেম্লনবা হোৎনবদা ঙসিফাওবা সরকার শেমদনা লৈরক্লি।

চিংনদবা ঙমদে মঙগী থৌদোক্তুবু। চাক্লেনগী নোংঙানবদনা সরকার শেম্নবগী অরোইবা পাঙ্গল চাংয়েংনি। মুন্না খল্লি মশাফাওবা লেঙদবমখৈ, শ্বোরফাওবা হোনদবমখৈ ফমুং ময়াইদুদা। পাইরিবা চুরুপ মতেক্তু তুম্না চাক্লসনু মতাগুম শাংনা অমুক্তং চিংলগা খংহৌদনা খুত্তুম শিংলম্বা মখুত্তো খংথাং থাংগৎলকই। তুম্বা য়াদ্রবা মাগী নুপীদো ঙসাইমখৈ মপুরোইবগী মতৌদুবু লোৎনা য়েংজরম্লিমাম্লে খুত্তুম শিংলকপা উবদা ফুক হৌগৎলকই। পাখৎনা হংজৈ থাঙ্গৎলকইবা খুত্তুমদুগী অর্থ। মাগী নুপীগী খোঞ্জেল তাবদা মনিবাবু প্তান লাকচবগুম তৌই। মশাগী ফিভমদুদা মথন্ত ইকাইবা ফাওজৈ। খুমদে তুমিন্না লৈ। গ্লাস মনিংদা য়াওবা ঈশিংদু য়াওম অমা চিংলগা তপ্না অমুক শ্বোর হোনথৈ। মাগী নুপীগী নাকোংদা নাশোন পিক্ল হায়রকই মাগী খুত্তুমদো অমুক্কসু হম্না উৎলদুনা-ঐগী খুত্তুমসে সরকার শেম্নবগী খুত্তুমনি।।

# লফুথরো

নুংশানা ফুইনা হৌরকপা নিংথমথা চংলকপগী অয়ুক্লি।

তাল্লবা খুঙ্গংগী লৌয়া অদো য়েংখিবদা তোমথিল ঙাল্লিবা মল্লবা য়ুমজাউ অমনা অমুক্ক হেন্না অৱা শক্লোন ওইহনবগুম তৌরি। য়ুমজাউ অদুগী মাঙ্গোন্দ শেগাইরবা ফক অমদা উপাই লৈজদ্রবা চহি তরামরিমুক্কী নুপামচা অমা ফল্লী। য়েংলি ফক মতোন্দ শলাক তমদুনা শান্নরিবা হৌদোঙ মচা অমদা ।

— এঙ্গাং লৈতে খল্লম্বনি লাইনা অমদি তম্বীরল্লেদনা।

মমানা মাঙ্গোল কাখৎলকপগী শাউম ফংবদা হৌদোংগী শলাক য়েংজরম্বা মচানুপাদো মমাই খংলৈ-লৈথোরকই। মমাগী মখুত্ত লফুথরোমচা অমা, লা খরগা লোইননা থাং মচা অমসু পাইরকই। অদুবু পিল্লিবা নুপামচাদুগী মমিত্তদি মমানা লংবোই-করিওই মাঙ্গোল কাচিন্দ থল্লম্বা লফুথরোমচাদুতমক উই। হৌদোংমচাদুদি চেনশিনখিদুনা লফুথরোমচা দুবু থরো-থরো ওলহন্দুনা শলাক তল্লি। লফুথরোমচাদুনা

লৈমাইদা ওন-ওন্দুনা নুপামচাদুগী থম্মোইনুংদা মাংখ্রবা নিংশিং কিশি অমা তপ্না-তপ্না থোকপিরকপগুম তৌরি।

— ঐনা থব্বাইনি খন্না থমজবদু নহাক্ল হেক্তোক্লবোইরে।

নিংশিংলি মপাগী ৱাহৈদুমক ঙসিসু। নুমিৎ অদো মপা ইম্ফাল কারুগনি হায়বগী থম্মোইদা মথুম-মরাং হৌজে। মপাদা ফিরোল লৈবিরক্লবসু হায়জরি। পোলিওনা মখোং অনিমক চেংশিনহনখ্রবা মীমান্নদ্রবা মচানুপাবু মপানা থোইদোক্ল লুনা-চান্না তৌবি। মপানা ইম্ফাল চৎনবগীদমক মচাগী মনাক্ত ফি শেৎলিঙৈদা মমানা লফুথরোমচা অমা পাইদুনা মাঙ্গোল কাখৎলকপদু উই। কন্নানা খংগনি মপাগী ৱাখন্দ লফোই-লৌউ অমগী আশা লৈরমগনি হায়বা। মপাগী ৱাঙাংদুদা মমাদো ৱা মখা তারমদে কিরুপ-কিরুপ ইমুংদা চংখি। মপাদি মচানুপাদা ঙক্তানা হল্লক্নি হায়রম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। মতম ইকান-কান্নদে মহাক্কী মপা বসনা থোল্লল্লে হায়দুনা পাউ লাকখিবদু। নুমিত্তুদগী হৌনা মপাগী মশক উবা ফংখিদ্রবনি। অদুবু ঙসিদি লফুথরোমচাদুনা মপাবু মমিত্ত উহল্লি। খল্লি— ঙসিগী লফুথরোমচাসিনা করি অমুক থোকহল্লগবা!

— হৌদোংনেহে!

মমাগী মখোল তাবদা মচানুপাদো খঙপ্রেক খঙঙি। মথন্ত খল্লি করি মঙলান্নো খল্লুরিবসি! মহাকসু সি-সি হায়দুনা হৌদোঙমচাদুবু তাল্লি। হৱাইচার লুবাকশিংদু থমদুনা মমানা হেক ফমথবগা হৌদোংদুদি চেল্পোকখিদুনা ফক মচিদা অমুক শলাক তম্লরি। মমানা হৱাইচার কাইথোক্লুনা ময়োম মচা-মচা শেমজরি। তাঞ্জাসিদা অমত্ত ঙাইজবী চহি তরেৎমুক্কী মচানুপীদুনা ঈশিং য়াওবা লৈবাক্কী পুন অমা মকোক্ত থোংগত্তুনা লাক্লি। মাঙ্গোন্দা তুমিন্না ফমজরিবা মবুংদুদি মনিং-মমাং পুন্নমক উই। য়েংলি নোকমি-নোকমি মচন্না লাকপগী মতৌদু। মখুৎনা পাইরুদ্রবসু য়াবরা ফৈজা মচা অমগী মতেংনা মকোক্তা পুরকপা ঈশিং পুন্নি। মখোং অনিদু কারন চনবোই-করিওই মখুৎ অনিনা চাল্লি কোক্তুনা তপ্না লাক্লি। অমুকসু মখুৎ নাম্ম-নাম্মনা তপ্না-তপ্না হাইদুনা ফজরবা জগোইগী আশাদা মখোংনা তান থারি। চাল্লি কোৎনবা হোৎরিঙৈদা মান্দোপ ময়াই য়ৌবা নংহৌদে হায়বগী মতাগুম ঈশিং

পুনদু ইমুং য়ৌদ্রিঙৈদা ধারি ময়াদা মকোক্তগী তারক্তুনা তোপ লাউনা কাই। পাখৎপোই করিওই চপ লেপ্লী। চাইথোরকপা ঈশিংনা মফি অদু চোৎহল্লি।

– চন্দ্রানুবী, নংনা থুগাইরিবা পুনসি কয়াদি য়াম্লে! খৎলি-খৎলি চোং-লগা চৎলিনিয়ে। নং ঙসি নখোংদু থুদেক্কে য়েংঙু।

পুন কাইবগী মখোন্দ মমাদু খঙপ্রেক-খঙঙি। অশাউবগী মিৎয়েংগা লোয়নননা মমাই খংলৈ-লৈথোরকই। হায়ফম খংদ মখোই থিংলদুনা মচিন্দ পেন্না চৈ। হৌগক্তুনা ধমকা তৌই। মরাল লংজরুরবী মচানুপীদো ফুবিরদ্রা হায়বগী পাখৎচৈ। মবুংগী মনাক্ত চেনশিন্দুনা পাকথরুরি। অশেংবমক্কি অসুম তৌদুনা থুগাইরিবা পুনসি অহুম-মরিদি শুরবনি। মবুংসু ফুদ-ফুবিরদৌবোই নিংদুনা মমাবু খামজৈ। তশেংনা মমাসু ফুরগে খনবনি। অদুবু তৌরিবা থবক্তুনা অশেং-অমাংগী ওইখিবনা পাঙ্গল থোকখিদবনি। মচিন্দদি ঙাংবা লেপ্তে। অকাইবা পুন মচেৎশিংদু খুন্দোকউ হায়রগা ফৠথখিদুনা লুবাক্তগী হব্রাইচার অমুক কোৎপা হৌই।

নুপীমচাদুদি মবুংগী তুংদা পাকথদুনা তুমিন্না নিংশিং-নিংশিং মথন্ত নোক্লি। ব্রাদি ঙাংদ মবুংসু নোকমি-নোকমি তৌদুনা মচনগী মনা পাইদুনা তপ্না চিংথোরকই। ইঙ্গিৎ মচা অমা পি অকাইবা পুনমচেৎশিংদো খুন্দোকলু হায়বগী। মবুংগা য়েং-নদুনা অকাইবা মচেৎশিংদু অমমমতা ওইনা নোকমি-নোকমি খুনগৎলি। অকাইবা মচেৎশিংদো হুন্দোকলুরগা মম-মম্ হায়দুনা হৌদোং মনাক্ত অমুক ফৠথররি।

– লৌ ঙাকপা চৎলুচো, ঙসিদি মমাংগী ননেশিহোইগা পাল্লি তাবনি।

– তল্লি কৈসু, ওজানা স্কুল কারকউ হায়।

– নংগী স্কুলনা লুবা নত্তে থেংখ্রবনি চৎলো। থবী অমা লৈবদু পুখো।

পেরি-পেরি, কিরুপ-কিরুপ মচানুপীদো ইমুংদা চংখি। অচৌবা থবী অমা পাইদুনা থোক্লল্লগা হৌদোংমচাদুগী মকোক্ত নানবোই-থাবোই তৌরম্লগা চোং-চোংদুনা চেম্থোকখি। ফিভম চাদ্রবা মচানুপাদুদি পুন্নমকসি উশিন-তাশিঞ্জবদা নত্তনা করিসু তৌবা ঙমখিদে। নোংঙানবদগী নুমিৎতাবফাওবা মাঙ্গোন্দ ফম্বখক্তনা মহাক্কী

মথৌনি। ইমুংগী লৈত-লাইরা, মমাগী মতেং, মচন্না লাইরিক তমজনিংবা কয়া উনা-উনা, খংন-খংনা উপাই লৈখিদে মথন্ত তকসি শোঞ্জবা নত্তনা-ঐসু ইচনদৌনা চৎপা ঙম'লম্লবদি!

ফিভম চাদ্রবা মচানুপাদো অৱাবা ৱাখলগী পোৎলুম ময়াম অমনা নন্থবিরকপদা চোকথরমাল্লে ফক মচিদুদ্দা তুমথখিবগুম তৌরি। হৌদোঙমচাদুসু ঙসাইমখৈ শলাক তমলুবদা ৱারমাল্লে নুপামচাদুগী মখোংদা ঙাথরদুনা তুম্লি। মমাদুসু হোই-মাই হায়রমদ হৱাইচার য়োনবা থোকখি।

– তাচৌ-তাচৌ, ননাওবীদো লৌরিদা লিন্না চিকপদগী শিরে হায়হৌয়ে!

মমিৎ খঙপাং পাংথোকই। ৱা মখা হংবা নংহৌদে। পাউ তম্লরিবা নুপীমচাদো তন্না অদুম্মক চেম্থোকখি। ইথক-থক্কৎলি। ঙসাই মমানা হেক্লকপা লফুথরোদু খংনিং-নিংশিংলকই। পিরা চেল্লবা মমিত্তুনা মুন্না য়েংঙি মাঙ্গোল কাচিন্দ তারিবা লফুথরোমচাদুদা ।।

# পিগী মতুম মতুম

নুংথিল তাল্লক্লি গমভীনিনা অমত্ত পোকচবা মচানুপাগী পোৎলোইবা য়াওরম্বগী শুমাং মতোন্দ ফমদুনা চোৎলিবা মশমদু নুংশাদা ফৌদোক্লিবদু। শম্লাং মরক্ত পক্লিবা ঈশিং মরিক-মরিক্তুবু লিরি-লিরি হৌরক্লিবা পিগী মরিক্ল শিলহৌগদবগী হোৎনরি।

চহি হুমফু তানখৎলক্লবা গমভীনিদো ফনা অহল ওইশিল্লক্লে হায়বা য়াই। মচা-মমৌগী মরূম থুপতুনা পোথাজরগদবা মতাংনি। অদুবু মহাক্তি ঙসিফাওবা কনাগী মতেং য়াওদনা, কনাদসু অশা থমদনা হিংলি মশাগী খুৎশুমল তাঞ্জদুনা। অহল ওইবা কনানো মচাশিংগী অশাদা হিংলম্লোইদবা!

টি.বি. না নাবা চহি মঙা হায়রক্লবা মতুংসিদা ঙসিদি চৎখরে মহাক্কী নুং শিজরবা মচানুপাদো মমৌনুপী অমগা মশুনুপী, মশুনুপা অমমমগা শিন্নরম্লগা। মতম শাংনা ফমুংদা নাহেদুনা লৈরিঙৈদদি খল্লম্মী শিজখিবনা ফরে। অদুবু ঙসিদি মচা কাইনবগী মৈচাকখক্ত নত্তনা পেন্দবগী চৈনা অমসু ফাওররি। কনানা খংগনি

তারক্লিবা পিগী মতুম-মতুমনা গমভীনিগী থম্মোইদা করি খাকৎলিবা!

থম্মানগী কুনহদোইনি প্যানরা কৃষ্ণ জর্ম্ম নুমিৎকী নোংঙাল্লমদাইনি মনি-মমৌনা মমাংগী পুখ্রিদা থম্বাল হেকমিন্নরিবদু। পোদোনগী মৈরিদু পংচাউ-চাউবসু নত্তে অদুবু মনা ভানমান্নে মনি-মম্মৌগী মমিত্তনি— থম্না মরমদা লোৎচবা থম্বালফাওবা লোইনা হেক্লি। থম্বালশিংদো থম্নাদা ময়োম-ময়োম শেমজিঞ্জে। মনি-মমৌদো খাদি ইঙাং-ভাংনদে পুখ্রিদা চুপ-চুপ লুপ্লগা ভুংথ-মাংথ লাকমিন্নে। ফি হোংবা নং দে ইমুংদগী লেপ্তনা খুরকপা লোক মখোন্দ মমৌনুপীদো ইমুংদা চেনশিনখি।

পোদোন মৈঙান্দ মনেমদো মাঙ্গোল কাচিন্দ ওনশিন্দুনা চন্দোন ভৌরোক-ভৌনা থিল্লি। মমৌ ঙাইরবা য়াবা তাঞ্জা নত্রে খল্লদুনা চাকশংদা চংখি। নুমিৎ মরিনি-মঙানিগী মমাংদগী ফমহল্লকপা শঙ্গোম-অফম্বা চফু মচা-মচাশিংদো অমমমতা ওইনা পুথোকরকই।

— ইবেম্মা নংবু ইনেমগীসি অমুক্ত য়াওরবা য়াদ্রো। মম্‌গা মন্নে তাংখ্রবা মতমসিদা চফু অমা কাইখ্রেনে। তাঞ্জাসিদা মাসু লোক খুনিংখ্রবা হায়দুনি। ঙসিগীনা ঈ কয়াম্না য়াওরকইবা!

কৃষ্ণ জর্ম্ম নুমিৎসিদা খরদি কান্নরনি খন্না চেকশিন্না কাইথোকচবা শঙ্গোম চফু অমা খংহৌদনা মখুত্তগী নাম্বদুনা কাইখি। খুনগৎপসু য়াদ, মখোই থিৎপমখে মুন্না য়েংদুনা লৈ। মপুরোইবগী সেবাসু তৌজরিবী, মনেমগী মতেংসু পাংনবা হোৎনজরিবী মমৌদো লাকচরে লাকচরে হায়দুনা থোক্লকই। অচৌবা থুমোক অমদা মনেমগী পোৎচৈশিং লোইশিঞ্জে। মনেম্না ইমুংদা ফি হোংদোকপা চংখি। মশুনুপী অহন্দো করম্বা মতমদা হৌগত্তুনা ঈরু-মাইথজদুনা চন্দোল লংনা থিল্লম্মীবনো খংহৌদে, মবেন্না থোক্লকপদা মমাগী মতুংদা তুংপক-তাশিন্দুনা লেপ্লম্মী। মমৌদা শিন্নরম্বা য়াবা থবক খর শিন্নরম্লগা মশু-মবেল থোঙ্গাল্লোমদা থোক্লকই। থম্বাল ময়োম য়াওবা অচৌবা-খাও অমা য়াল্লদুনা মশুদো মবেনগী মাং থাংজরি। মতম অসিদা অমম-অঙানসু শিন্নরক্লি।

মহৌশানা কৃষ্ণ জর্ম্মগী মপুংওইবা থৌরমদি কোনুং ওইরিবা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী

মন্দির অমসুং মহাবলি হায়না খংনরিবা হনুমানজীগী মন্দিরদনি। হায়রিবা মন্দিরসিবু তম্না ভক্ত লিশিং কয়ানা অঙৌবা ফিজোন্দ দর্শন ফংজনবা চৎনরি। মশু-মবেনসু ভক্ত লিশিং কয়াগী মনুংদা য়াওররি। মখোয়না লাক্লিবা চিক্লবা ইম্ফাল তুরেল-তোর্ব্বনগী খোং-লম্বী অদো ঙসিদি অঙৌবা ককচেং ময়ামগী লম্বীগুম ওইররে।

— অবোক ঐগী লাইধি লৈবিয়ুকো। অবোক ঐগী খুজিসু লৈবিয়ুকো।

মশুগী মরেঙ্গা কয়ানা হল্লকপদা পাইরকপা লাইধি, শিরকপা খুজি উরগা মাগীসু লৈবিনবা মবেন্দ পাউমৈঞ্জে। মশুনা হায়রিবদো হোই-হোই অমত্ত খুমদে। মতম পুম্বদা মবেন্দি ৱাখলগা ৱারি শান্নদুনা চৎলি। শঙ্গোম-অফম্বদগী ফংলকপা শোন্দোংনা শোৎলুবা শঙ্গোমগী পৈশা শিংদোকপা— বেরা শাবীগী শিংবা ঙমদ্রবা পৈশাদুসু খর শিংদোকখিবা— পুথদুনা লাকপা মমাংগী থাশিগী শেনথাইসু হুন্দোকখিবা — মমৌনুপীগী ফি শানবা লংসু লৌবিহৌরবা— থম্বাল য়োনবগী পৈশানা মশুনুপীগী লাইধি অচৌবা অমা লৈবিরবা— খুজি, খুদোপ, চরিক কয়া অমা, পীক্লিবা মশুনুপাগীনা পী-পী লাউবী, জেং-জেং লাউবী, শান্নপোৎ। চৎন-চৎনা মোমোন তৌজে। খল্লিবা ৱাখন্দি মফাং-মফাংঙি। অদুবু শেন্দোংনা কয়াম ফংগদৌরিবা ৱাখন্নদি লাম্বা ফংলুদে। টি.বি. না নারিবা মচানুপাদু নিংশিংলুবদা হুমাং কারকপগুম তৌই। তুমিন্না মচিন্দ শোঞ্জে— অতৈ লাইরি মাগী হিদাক হান্না লৈদবা য়াদে।

ৱাখলনা নৌ শাদুনা লাকপদা খংহৌদে মশু-মবেল মহাবলি থোংখোং য়ৌরকপা। মফম অসিদা মশুং-মমান্নবী কয়ানা পরেং-পরেং ফন্নম্বদু উরগা মপূক্লিংদা খঞ্জে— ইথন্ত ওইরে য়াহৌ থেংলিবসিদি। কদাইদা ফমসিগে খঞ্জানরিঙে মাবু নুং-শিবীবা কনানা সিদা থারোলাও হায়না কৌশিল্লি। কনা অমসু সোমদা লাও হায়না কৌশিল্লকই। মফম অদো মীনা পুমথল-থল্লি, কৃক-কৃক ইন্নৈ। পুমনিল-নিল্লি, পুন্নাং-লাংঙি। মরকসিদা সিফাই কয়া অমা, বেজ থেৎপা নহারোল কয়া অমনা মীয়ামদুবু ঙাক্লি। লাউরি মখোয়সু হুইচেল খোং-খোংদুনা। গমভীনি তৌফম খংদে। মনাক্ত লৈরিবা মশুদুবু কৌ-কৌদুনা পোৎ থাননবা হোৎনরি। পুলিস অমনা মফম অসিদা পোৎ থাবা য়ারোই হায়দুনা চৈনা খৎ-খত্তুনা ইথ্রোকপিরি। মাইকৈ অমদা মশু-মবেল চৎকে তৌজরিঙে পুলিসকী গাড়ি অমনা মনিং খংহন-হল্লক্তুনা গমভীনিগী নিংদুদা ৱাইশিল্লি। খংহৌদে মকোক্তগী লুম্লবা থুমোক্তো লৈমাইদা দোম লাউনা তাই। শঙ্গোম-চফুশিং কাইদুনা পুমচাই-চাইথোকই, থরো-থরো ওনখিবসু য়াওই।

লৈমাই অদো শঙ্গোং-অফম্বদনা পুমঙৌ-ঙৌহল্লি। মনাক্ত লৈরম্বা ভক্ত কয়াদসু শঙ্গোমনা চাইখৎলক্তুনা মফিশিং ইচোৎ-চোৎহল্লি। উহৌদবা কনা অমনদি অহন্দুদা চৈবিরি। পুলিসকী গাড়িদুদি হন্না য়েংলমদা থৌখিরম্মী। উপাই লৈজদ্রবা গমভীনিদি মকোক পাইদুনা মফমদুদা ফমথৈ। চাইথোক্লিবা শঙ্গোম, অকাইবা চফু-মচেৎ-শিংদুদা মুন্না য়েংলি। মমিত্ত পিগী মতুম মতুম শিঙ্খজবা নত্তনা মীনা চৈবিরম্বা, মীনা ঙাংবিরম্বা মহাক তারুদে। তুহৎপিরবা লমখুনুগুম মশুনুপীদুসু মবেনগী মতৌদা শুৎ-শুৎ কপতুনা মতুংদা লেপ্লি। শঙ্গোম য়োল্লিবী মশুং-মমান্নবী খরনা ড্যুটি তারিবা পুলিসশিংদুদা ওনশিন্দুনা ঙাংলি, চৈশিল্লি। কনানা শাউরি মখোয়গী গাড়িদু মৈ থাদোক্কদবনি। কনানা হায়রি মখোয়দা পৈশা শিংহনগদবনি। লেং-মান্নবীশিংদুনা মশু-মবেলবু কৌশিনবীদুনা মখোয়গী মরক্ত ফমহল্লি। কনানা মশুগী থম্বালদুসু য়োনবীরি। শঙ্গোম-য়োনবীশিং অমমম-অনিনি চংলক্তুনা মবেন্দ অঙম্বা লুপা খর-খর পিবিরি। কপ্তনবা থেম্বীরল্লি।

— অবোক, ইদোমচানা মাম্মগী অনাবদু কৈনো অমা তৌই থুনা লাকউ হায়রকএ!

— অবোক্কী য়ুমদা মী কোইচেন-চেন্নহৌইনে অবোক!

লাইখুরূম্বা লাকপা লৈকাইগী অঙাংশিংনা তল্লবা পাউশিংদু তাবদা অহল ওইরবী গমভীনিদো কোকচাউবী ফুং কাই। হৌগৎপা ঙমদা মফমদুদা অদুম্মক ব্লাম্ব্ৰখি।

ব্লাউরি-ব্লাউরিবা নুংশাদা উংদুনা লৈজরম্বা গমভীনি মিকপ খংথোক থোকপগুম তৌই পিক্লিবা মশুনুপাদুনা কাফে-কাফে লাক্লগা মনাক্ত তুশিল্লবদা। মশুদুবু কোনখৎপি, কপ্লি- ইশুসে মরাইবক থিদা। করিসু খংজদ্রবা মশুদুদি মবেনগী মমিত্তগী তারক্লিবা পিগী মতুম মতুমদা লামদ়না শান্নরি।।

# নঙসু পোরোম তোইবদৌনা তোইরো

— শ্রীরাধে-গোবিন্দো ননাইবু পাখং ওইহনবীরো।

— হে হনুবা।

— রাধে-রাধে!

— মসিগী হনুবসে ঐখোয়বু উরদি লাক্লরকঅদৌনি।

— হনুবসে মতু থিনিংবনা ঙাওরবনি।

— বিষনু-বিষনু!

অহন্দো চহি হুমফুতরাগী মথক্লি। পংথেং-থেংব্রি লৌবুক্তগী কারকপা। মহৈ-মরোং থাবা হৌনরকপা ঈংথমথা চংলকপদা ঙাইরিবা অয়ুকনি। ঙাঙ্লবা নুংশাসু ফুইনা হৌরক্লি। লেংবান্দ লাঙ্গোল হাইগত্তুনা মাংদা ষণ-পাবোং হোইরদুননা চৈ মচা অমনা হাইর-হাইরদুনা ঈশৈ ঙংলদুনা তপ্না লাকই। লক্লে ঈশৈ ওইনা ঙংশিন্নদুনা নুপীমচা অহুম-মরিখক লাকপা উবদা। নুপীমচাশিংদুসু লাপ্নরিঙেদা হায়নখ্রবনি হনুবা অসে লাকলে লক্লররনি হায়দুনা। অহন্দুগী লক্ল-ঈশৈদু তারগা

নুপীমচাশিংদো মমিৎ ফাকচিল্লি, শুগৎলি। অহন্দুদা ওনশিন্দুনা খুম্মী, চৈশিল্লি। নুপীমচাশিংদুগী মতৌদুদবু য়েংজগে হায়দুনা ঙাইজরিবনি। থম্মোইদা নোকচৈ মখোয়গী ৰাঙাং তারগা। পৈঞ্জে মখোয়না চৈরকপদুদা।

– অতো, শন্না খোংঙিবসে তাদবরা নংবো। ইমুংদা নৈশিন্দুনা লৈরিবরনেহে।

– হো বাজি সিদা লৈয়ে। কোবি হনুবসে পাখং ফাররুবা মখোং শোম্মীয়ে।

থোঙ্গান্দা লেপ্লগা লাউরকপা মপাগী খোঞ্জেন্দো তাবদা অমত্ত ঙাইজবা মচানিপা অতোদো খংশাও-শাওনিংঙি। মহৌশা মপা-মচাদং লৈরিঙৈদা পংঙাং-ঙাংনবা ওইরবসু হৌজিক্তি মমৌ লাক্লবনিনা মপাগী ৰাহৈদুমক মচাদদি অর্থ য়ান্না লৈ। মখোইদা তানা লেংলকপগুম থোকই। শাওনিংঙি হায়দুনা মপান থোকপদি ঙমদে। শুমাং মতোন্দা লৈবা অচৌবা ইংখোল ময়াইদগী লেপখৎলকক্লুনা ৰাপা চানা খুম্লকই। মচাগী পাউখুম তাবদা মপাদো শ্বাই লাউজৈ। লৈরক চং লকপদা নুপীমচা থরদা লক্লখিবদু তাখ্রমাল্লে খল্লুবদা মথম্ত ইকাইজৈ। খল্লি মমৌদুসু তারমগদ্রা!

– ইপানা হায়বদি ষণসে ফজিল্লু, মবুকসু লাম্মে হায়বনিনে।

মপাদো খোন খর নৌথরকই। পোথাদে ইংখোল্লোমদা অমুক চংখি। মমৌনা পুথোকচরকপা চা ফাওবা থকপা শংজদবগুম্বনি।

– অতো নংবো থবক তৌবদি ফন্না কুইরে তোলোবসিবু ইফংমক-ফংদবরা, ঙসিফাওবা ঙা চরা অমত্ত লৈরক্তবনিবো।

– বাজি ঙসি শোইদনা ফংলক্কনি। ঙা মচা অমা লৈরক্লে।

অয়ুক্কী শিঙ্গা লোইরকপদা মহৌশাগুম ঙসিসু মপা-মচা চাক চামিন্নরি। চাক চামিন্নরিঙৈদা মপানা হায়রকপা তোলোবকী ৰাহৈদুনা ঙসিদি অতো চাক হুকপা য়াহন্দে। চীংজাউনা নল্লকপগুম থোকখি। মাগী নুপীগী মমাংদা ইকাইখনা মমাইদু থমফম খংদবগুম্বনি। মখা তাদে তুমিন্না অমুক লৈ। খংনিং-নিংশিংলকই নোংমখক গরম কাখিবদা তৌখিবা থবক্তো। অতো কুচু লৈশিনবদা নত্তনা মশকসু খমথেংনা থি। মমিৎসু তোইনা-তোইনা অমুক মুক কুপ্পী। লাইরিকসু মমিংদং ঈবা

ঙমজবদনি। মাগী হায়ববু ফাগি তৌগনবদা পকচবা মঙাইরে। নুপী অমত্তনা মমৌ ওইবীয়ু ময়ারকত্রবদা মচাদা তাইনবা নত্তনা মপাগীদি উপাই লৈখিদে। অমরোমদসু মচানুপানা লুমজরকপা নুপী অমত্তনা য়াবিরকত্রবদা মপাদা তত্তনা তাইনৈ। নুপী য়াওদবা যুম্বান্দা তোইনা খৎনবনা চরা হেনবসু কোঙ্গাইনি। তোলোব চাবা থবক তৌহন্দ্রিমখৈ চাকসু চারোই, নুপীসু থিরোই হায়রকপা মচাগী নিঙাইদা পাখৎচরবা মপানা খুন্দুগী প্রধান্দা হায়জরুবদগী উচিন-নাচিন্না মচাদুবু পঞ্চায়ত ওফিসতা গ্রেড-ফোর ওইহনবীখি। কেজুএলনি। থবক তৌবা থা অনি ফাদে মচানুপা অতোদো নুপী অমা চেনশিল্লকই। থবক তৌদ্রিঙৈ কোইগে হায়রুবদা থিনা চৈরকপী থংনবা লৈকাইগী লৈশাবীনি। থবক মচা অমা তৌরে তাবদা নুং-ঙাইরনি খন্না লাকপনি। হৌজিক্তি থা অহুম হেল্লক্লে লুহোংদুনা লৈমিন্নরকপা। মসি ফাওবদা মাগী নুপীদা মিনল্লীবনি লুহোংবদা চংখিবা পৈশা তোলোবতগী ককশিন্নরি হায়দুনা। অদুবু ঙসিদি মপাগী ৱাঙাংদুনা ইকাইবা হায়বদু সিনি হায়বা মশক তাকপিরপগুম থোকলি। তশেংনমকসু থবক তৌবা থা মরি হায়রক্লফাওসিদা অহানবা থাগী তোলোবতু নত্তনা মখা তাবা তোলোব উরকত্রবনি। হয়েং পিনি-হংচিৎ পিনি হায়দুনা ঙাইরকপা কুইরবনি। অতোগী তোলোব ফংলনি হায়বা ৱাদু তাবদা চাখুমদা লৈরিবী মাগী নুপীদুনা ওইনবোই-করিওই মরৈ শাংনা তিংথোক্লুনা শুগৎলি। তাঞ্জাদুদা মপাদুসু কদাইদগীনো মমৌগী মতৌদু উথোকলুদুনা খংহৌদনা চাক হারকই। মমৌদুসু ইকাইমনখ্রদুনা হৌদোং লৈতবা ইমুংদুদা হৌদোনেহে হায়দুনা মপান থোকখি।

ইবেহম্মা?
বাজি!

মচানুপাদু হল্লক্লবরা হল্লকত্রিবরা মখোল-মৱা অমত্ত তাদে হায়দুনা মকুবোক্তো তপ্লী-তপ্লী চাখুমদা চংলকই। তপ্না কৌবদা মমৌদু খঙলমাল্লে বাজি হায়দুনা খংখুম খুল্লকই। করি করিনো খর হায়রল্লগা অমুক থোকখি। নুমিদাংগী চাক চাবগী মতম হেল্লক্লফাওবদা মাগী নুপানা মহল্লকত্রবদা চাক য়াইরিবা মৈতানদু কোৎথোক্লুনা উবোই-করিওই নুপানা হঞ্জিল্লকপা ঙাইজরম্লিবনি। মকুবোক্না থোকখ্রবদা কোমথরম্বা মফি শেমজিন্দুনা মথম্ভ নোক্লুনা লৈহৌই খঙবদা চোংখৎখিবা ফিভমদু নিংশিং -নিংশিংনা।

হিদাকফু অহুম-মরিরক শিল্লফাওবদা মচানা মহল্লকত্রবদা অহল ওইরবা মপাদো মপুক্লিংদা মওং-মওং খল্লি। পুক খোংলকপগী মখোন্না শাউনিংবগী ময়াইসু হেন্না কাহল্লি। অদুবু শাওনিংবা কয়া ফোংদোক্তে। অহল ওইবগী হৌনবা আলু মেৎপগা খর চারগা নখোয়না থোকপা তৌহৌরে হায়দুনা তুমবা চংখি। অমরোমদা মমৌনুপীদুসু মাগী নুপাগা মহল্লকত্রবদা খোইদৌ শৌগৎলকপনা পাইরিবা চেগপতুনা চফুদু থুগাইনিংবা হায়বদু য়ৌই। মথন্ত খল্লি ঙা মচা অমগীরা অসুক ব়ানা ঙাইরিবসে! মকুগী মমাংদসু ইকাই-নুংশি য়ান্ননা কপ্পীংবা ফাওবগুমসু তৌই। ফমুংদা চংখিবনা ফরে খল্লমাল্লে খোংলিবা মপক্তো ঈশিং খরনা ফাথবিরগা চাখুমদগী থোক্লকই।

— তারিবরা, নংবো তারিবরা?

ফনায়াম্না থেংলে মাগী নুপানা কৌরকপদু। তাই, অদুবু খুমদে। তুমশিন্নে শাওনিংবোই-ওইনবোই। অমরোমদা অতোসু নৌরিবা য়ুম্বাল ওইবনা হৌনা কৌগদবা হঙ্গৈইজে। অদুমকপু তারনি খন্দুনা অমুকসু তপ্পা কৌজে। শোৎ-পেক হায়বগী মখোল ফাওবা তারকত্রবা মথন্ত মখোই থিৎলি। তপ্পা-তপ্পা মথন্ত শাওগৎলকপা হেল্লকই। খল্লি মপুক্লিংদা কয়াদা উশিৎত্রিবনো। থম্মোইদা লাংতব়বা অমসু ফাওহল্লি— তশেংনমক তাদ্রবজাৎলা, তশেংনমক তুমখ্রবজাৎলা! মওং-মওং খল্লি। শাওনিং-বগী ময়াইনা থোঙ কাউখাইরগে খল্লিঙৈ তারকই য়াওনবগী মখোল, খুনিংদনা খুরকপা লোক্কী খোঞ্জেল। নাশোন পিক্না থোঙ হাংদোরকই। মাইগা-মাইগা নকশিন্নরব়দা মপুরোইবগী শ্মোরদগী নল্লকপা মনমনে, হান্না শাওনিংলম্বগী ময়াইনে পুনখিদুনা তিং শোকপদু মঙাই হন্না য়েংলমদ মাগী নুপীদি ফমুংদা কাখৎখি। অতোদো ভাব তাই করিগী মাগী নুপীনা ব়া ঙাংলত্রিবনো হায়বা।

— করিগীনো ফমুংদা অমুক চংলিবা? ঙা লৈরক্লবনি থোংঙুরো।

মশাগী অশোয়বা কুপশিন্দুনা প্লাসতিক ময়োম অমা ফমুং ময়াগী সাইত টেবন্দা লংশিল্লকই। মপুরোইবগী ব়াহৈদুনা অমুক্কা হেন্না শাওনিংহল্লি থেংলবা তাঞ্জাসিদবু হায়দুনা। খুমদে, তুমিন লৈ। কাংখল মনুংদগী উই প্লাসতিক ময়োমদু। মৈঙান্দা মুন্না অসুম য়েংলগা হেন্না-হেন্না মাল্লকই অঙাংগী অমাংবা ময়োম। ফমাংদা হাইরং-হাইরং লেপ্লীবা মপুরোইবদা অমুক য়েংঙি। খল্লি মাগীসিবু লক্করিবরা!

— ঐনা হায়রিবসি কনাদনো?

অতো খোল কল্লপ তৌরকই। মখুৎনা লামদুনা কাংখলদু খংচিং চিংঙি। মপুরোইবগী ধমকাদুদা মখুৎসু য়াওরক্লদ্রা কিরদুনা হৌগৎচৈ। মমিৎ নোইর-নোইরদুনা প্লাসতিক ময়োমদু পাইখৎলি। ইপেৎ-পেৎনা থেংনবদুদা শ্বাই লাওই। হঙ্গোই করি ওইরিগবা খন্দুনা। খল্লি তশেংনমক থিনিদনা। অদুমকপু মনম্না লাকত্রবদা করিনো চিংনদুনা মৈঙান মপাদা থোক্কুনা য়েংঙি। ময়েক শেংনা উরকই পুমতোই-তোইরবা ঙা-পোরোমদু। পোরোমদুমক্তি মাগী নুপানা হৌজিকমক থোংঙু হায়রিবসিসু। পোরোমদু লৈনবা হোৎনবদা অতোনা কয়াম রাজখিবা হায়বদুদি কনানসু খংলোই। হেড ক্লাক্কা খুৎ থোক্লখিদে হায়বদা মঙাইরবা, কেশিঅরগা খৌরি পাইনরুরবা মতুংদা রানা ফংলকপা লুপা চামনি। চামদুনা লৈরকখিবা পোরোম, অদুদগী খর লেম্লকপদুনা য়োৎলকখিবা য়ুগী গ্লাস অমা-অনি। অতোনা ঙসি নিশা কারকপা থোইদোক্লা ঙক্লিংঙাই ওইদে। পোরোমদুগী রাহৌদগী অমুকসু মাগী নুপীবু য়েরুবগুম উরক্লি। হোই-মাই হায়রমদা মাগী নুপীদুনা ফমুংদা অমুক চংখিবদুদা চিংথোক্কুনা ফুনিংবা হায়বদু য়ৌই। তশেংনা মাগী নুপীদো হংদি হংনিংলম্বনি— করি ঙানো - করি পোরোমনো! ইকাইবা কুপ্পবা হায়দুনা লৈজরকপা মমল য়াম্লবা পোরোমদু পৈয়ানা লেংদুনা সাইকল মমাংদা য়ান্দুনা অমম্বদা অতো নিশাগা লোইননা তপ্পা-তপ্পা সাইকল ওৎচরকপনি। চাউরবা টাটা অমগী মৈঙান্দা খংলকখি পৈয়া তত্তুনা তাহৌরবা পোয়োমদু। হন্না য়েংথোকলুবদা উরকখি থৈনখিবা টাটাদুনা শেংকুপশানা তকখাইবিরবা পোরোম অতোইবদু। নিশা কারকপগী মথক্ত শাওনিংবগী ময়ায়না মশাদো অমুক্ত হেন্না নিকহল্লি। চৎখিবা টাটাদুদা চৈ-থাংহৌবা নত্তনা উপাই লৈখিদে। মতেং পাংবিনবা মীসু লম্বীদা অমত্ত উদবগুম্বনি। মখোই থিংনা মচিন্দ মুরুম-মুরুম শোন্দুনা মনাক অদুরাইদা তারম্বা প্লাসতিক অমদা নুংকুপনে করিনে পুন্না শুপখোম খোমজিন্দুনা পুরকপনি ঙসিগী নুমিত্ত থোংদদি থোংহল্লগে খন্দুনা।

অহল ওইরবা মপাদো ঙসাইমখৈ খৎনরিবদু তাশিন্নদদুনা তুমিন্না লৈরল্লিমাক্লে মখুৎ য়াওনরকপগী মখোল তাবদা লিচৈ অমা পাইরদুনা মমৌগী কারোমদা চং-লকই। মচানুপাগী ময়াংলেন্দা লিচৈদুনা অহুম-মরিরক শাম্বরকই-নঙসু পোরোম তোইবদৌনা তোইরো!

ঙাইহাক্কী মনুংদা ইমুং অদো মী লৈবিদ্রবা য়ুমজাউ অমগুম ওইরকখি।।

# নুংশিবা পরেং পরেং

মেরা থানি।

নোংঙাল্লমদাই থাজনা শুমাং খুদিং ঙাল্লিবা মেরা-থামৈশিংদা ময়ুম চংলগে হায়দুনা চিরোল তৌরি। মতমসিদা ললিতাদি অঙৌবা ফিজোন্না লৈতেংলদুনা নোংমদোল থাজগী মহুৎ শিলহৌরগে মতাগুম ৱাওথরক্লবা থাবল মঙাল্লক্ত মোমোন মিনোক্ত ইমুংদগী তপ্না থোক্লকই। তুলশিবোং মনাক্তগী পিকতক তৌবা খুজাই, লৈখলশুনা হাপ্লবা লৈ-পোল্লাংদু পাইখৎলদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মন্দির তম্লক্লি। ললিতাবু উবদা নোংমদোল থাজদি ইকাইরমাল্লে লৈচিল মরূমদগী মুনা-মুনা য়েংদুনা লৈহৌই।

ললিতা চহি হুমফুগী লুখ্রাবী ওইজরগসু য়েংবদি তগৎ-তগৎ তেক্লি। চহি নিফুগী মৌনহানা কৈদৌরুনি। পিক্তক-চেংতক রাশি লৈনা লাইমচামুক ফজে হায়বা য়াই। মসিগীসু মথক্ত মাগী ৱাখন্না অমুক্ক হেন্না নহা ওইরিবনি। কেরক-খোংলকপদা, চৎথোরকপদা মামুক মচু তাবা মৌ নহাদা য়াওদে। নুমিৎ খুদিং

ইনোক্ত নোকচৈ। অব্রা-অনাগী ব্রাখল লৈতবগুম্বনি। হোই করিগীবুদি ব্রাজরুগনি। মচানুপী অমখক্তনি, অফবা মমাকনিপা অমবুসু নাওকোল্লিবনি। থোইনদুম লৈকাইগী নুপীশিংনা চহি মতাং য়েংদনা মতম-মতমগী সনা চিল্লি হায়দুনা নোক্নরিবনি। মরলদা য়েংলুরবসু অব্রাৎপা লৈতে। মীনুংশি খংবী, পুকচেল চাউগনবী অমা ওইনা মীনা লৈত-লাইরগী ব্রারী খজিক্তং শারকপদা হান্না সে-সে হায়দুনা মখুৎ লাম্থোক্নবী নুপীনি। ললিতা লৈকাইগী থৌদোক-ব্রাথোক অমত্ত চিথদে। কুমগী হরাও-কুম্মৈ থোক্লকপদা মহাক্ন নুপীময়ামগী মাংজিল হেক্তমক মথাই। হৌ-হৌ চোংদুনা কাংগী, ঝুলোনগী ঈশৈপাল্লা লিংখক্তুনা ঈশৈসু হেক্ত মহম্থোকই। অমরোমদসু লৈশাবীশিংনা মঙোন্দ লিলা তৌশি, থাবল চোংশি হায়দুনা ইনশিল্লি। অরৈবা পুথোক্তুনা ব্রা-ব্রা হেক্তমক তৌথোকই। থাবল অনিরক হনগে য়াদে হায়দুনা মানা নহারোলশিংগসু মাইয়োক্নদুনা খৎনথোকই। মমিৎনে-মনানে নহারোলশিংদো য়াদবা ঙমদে, তেথৈ। য়া-য়া লাংদুনা মহারোল ময়ামগা চাকসু অমুক চানথোকই। মহাক অসে অঙকপী নুপীনি। তশেংনমক ময়া হৈবী, শুমহৎয়াই পুবীমক্নি হায়বা য়াই। লৈশাবীশিংগী নুংশিনবা নুপা মহাক্ন খংদবা য়াওদে। লৈশাবীশিংনসু মঙোন্দ ব্রারি হেক-হেক শাদোকই। লৈশাবী-পাখং নুংশিনবগী ব্রারি তারুবা অসিনসু ওইরম্বা য়াই ললিতানা মহা ওইদুনা লৈরিবসি। নহা ওইরিঙৈদসু লম য়ৌনা ফজরম্মী হায়বগী মমি হৌজিকসু তারি। লৈশারিঙৈদা পাখং অয়াম্বনা মাবু মীতানৈ। অমরোমদা মাসু মঙাও থিনা হৌরকই। মপুক্লিংদা ফষ্ঠি, সেকেণ্ড, ঠঁডি হয়দুনা নুংশিনবা পাখং কয়া অমা থম্মী। ময়ামদুগী মনুংদা খ্বায়দগী মশক-মতৌ ফজবদুনা ফষ্টিনি খঞ্জে। লাইবক থিবা হায়গদরা, মশক থিরপ তৌবা নুপা অমনা মাবু নমজেল চেনবীখি। মচানুপী অমখক্তমক পোক্লগা নুংঙাইনা মতম কুইনা লৈমিন্নরম্বনি। কনানা খংগনি মীওইবগী লাইবক! মহাক্ন চহি য়াংখৈ চংলকপদদি মাগী নুপা লৈখিদ্রে। নিংঙমখিদে। অদুম ওইনমক নহাশিংগতা লোইনবা, মশানগা নুংঙাইথোকপা হৈবগা অব্রাবা থোইনা উদে। চহি হুমফু চংলক্লবসিদদি মপুক্লিংদা লাই নিংজরগে খল্লমাল্লে মেরা থানা চংলকপসিদা মপা চারে নিংদুনা শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী মন্দির কাদুনা রাধা-কৃষ্ণ অনিগী সেবা নোংমগী লেপ্তনা ফংজিরি।

শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মন্দিরনি। ভক্ত ওইরবা-ওইরবী অহল-লমন কয়ানা ইবুংঙো-ইবেম্মগী দর্শন ফংজনবগীদমক তিল্লরি। অরাপ্পা অমদি অনকপদগী লাকপা ভক্ত কয়ানা মন্দির তম্না চংলকপা লেপ্পা লৈতে। ভক্ত ওইবী কয়া অমনা রাধা-কুন্দ, শ্যাম-কুন্দদগী ঈশিং খুজাই মচা অমমম শোকচদুনা মন্দিরগী ধরি শেং-দোকচরি সেবাগী শরুক অমা ওইনা। ললিতাসু মথন্ত মোমোন তৌজদুনা সেবা

চৎচরি। তপ্না হৌগৎলক্কুনা তিল্লিবা ভক্তশিংদুবু কোইনা অমুক য়েংজরি। চপ লেপ্পী মিৎফম হোংবা য়াদবগুম্মী। মথন্ত ইকাইজবগুম নোকমি-নোকমি মন্দিররোমদা অমুক মমাই লৈশিনখি। মন্দিরগী থোং হাংদোরকপগা মপা চানখিদুনা মানা পুজরকপা লৈরাংশিংদু ইবুঙো-ইবেম্মগী চোরোন্দ কৎচনবা লানশিনজ্ঞরি। ভক্ত ওইবী কয়ানা আরাতিগীমদক কাংশি মচা-মচাশিং পাইজনবগীদমক ওমশিন্নরি। ভক্ত ওইবা কয়ানা অচৌবা শরিক্কুবু য়ৈজনবা খুৎকা-খুৎকা পাইমিন্নরি। মন্দির মনুংদা বামোন-সেবারিনা ধুপ-থামৈ, বঁতিনচিংবা চুখৎলি। ললিতাদি খুৎ অনি লোন্নজরদুনা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী মাইথোং য়েংজরি। অমম-অঙান শিন্নরকপা মতম অসিদা আরাতি কঁৎপা হৌরকই। নিল্লবঃ কাংশি-শরিক্কী মখোন্না সংসারগী অৱা-নুংঙাই পুম্বা কাওহল্লি। ভক্ত কয়া অমদি মিৎলুদা পিরাং শিষ্টনরি।

অসুন্না নুংশিরবা ইবুঙো-ইবেম্মা অনিগী আরাতি লোইশিল্লি। পুক্লিং শান্তি ফংজরবা ভক্ত কয়া ইরাং-লাংজৈ। খরনা চনামৃত্ত থকচদুনা চোরোন সেবা ফংবা শকচরি। খরনা নির্মল্লা লৌজদুনা ইবুংঙো-ঈবেম্মগা লোইনরি খঞ্জদুনা য়ুমলোমদা হনখিবা য়াওনরি। ললিতাসু চনামৃত্ত থকচদুনা র্নিমল্লা খর পোল্লাংদা হাপচরগা অহল ওইরপ তৌবী নুপী অমগা হনখিনবা থোকমিন্নরকই। তাঞ্জাশিদা মনাদা থেৎচরিবা তখেল্লেদো ললিতাবু চৎখিনু হায়রিমাল্লে লৈমাইদা ওষ্টগদৌবগী হোৎনরকই।

হায়নবা লৈ – নহা ওইরিঙৈদা খংন-চান্নজরকপা মরুপ কয়া মতম শাংনা উনরক্তবসু রাধা-কৃষ্ণ অনিগী চোরোন্দদি পুল্লপতিল্লে। কনানা খংগনি মঙাও থিনা হৌরকপী ললিতা অহল ওইরবা মতমসিদা ঈশ্বরগী চোরোন তম্না লাকপদা নহা ওইরিঙৈগী মরুপ কয়া থেংনরম্বসু। থোক্লকপদা ঙাইরি মন্দিরগী নাকন্দ অহল ওইরপ তৌবা ভক্ত অমা থেংনদুনা ঙাইহাক ৱারি শানৈ। মাগা থোকমিন্নরকপা অহন্দুদি শাওনিংলপ তৌবা অমা ফাওজৈ। “ইচেবেম্মা চৎলসি” হায়দুনা তপ্না অমুক থোকমিন্নরকই। গেট ময়াদা ভক্ত নহা অমা তপ্না চৎলম্মী। ঙাইরম্বগী খোংথাংনি। উনদুনা অমুক ঙাইহাক পষ্টে। “ইচেবেম্মা লাকও-লাকও” হায়দুনা অমুক লাকমিন্নে। খোংকাপ তরা ফাদে অহল অমনা অমুক কৌরকই। তাইবুংঙো হায়দুনা ঙাইহাক অমুক মাইয়োক্লৈ। মাগা লাকমিন্নরীবী অহন্দুদি তশেংনা শাওনিংবা অমা ফাওই। মথন্ত চৎখ্রসিরা খঞ্জার্নরিঙৈদা “ইচেবেম্মা শাওনিংলম্মনি লাকপিরো-লাকপিরো” হায়দুনা তপ্লি-তপ্লি অমুক লাকমিন্নে। থাপ্লপনা নহা ওইরপ তৌবা ভক্ত অমা সাইকন্দ লাকপা উই। লাক্লিবা ভক্ত অদো লাকমিন্নরীবী অহল অদুনা

মশক খংবা মীওইনি। খঞ্জে শোয়দনা মাগা অমুক ৱারি শানখিদুনা মতম মাংলনি হাম্না চংখ্রসিরা। খন্না-খন্না য়ৌরকপনা হল্লি। "রাধে-রাধে" হায়দুনা সাইকন্দগী কুমথৈ। ভক্তী ওকনৈ। ঙাইহাক মাইয়োক্নৈ খোংকাপ মরি-মঙা চংথোক্লগা। হৌনা শানরম্বা ৱারিদগী চিকথনখিবগুম তৌখি। সোমদদি মাগা লাকমিন্নরীবী অহল অদো থুনা ময়ুম য়ৌনিংবগা তৌরিবা মওংদুদা মখোই থিংলি। চংলসি হায়বসু য়াদ, চংলম্মগে হায়বসু হায়ঙমদ, ঙসাইদগী মচিং-মচিং পল্লকপদা শাও-নিংবনা ফি-ফি কাল্লী। "ইবেম্মা ৱারি তৌহৌখো ইচেদি হাল্লম্মগে" হায়রগে খন্না মপুক্লিংদা চপ য়ুংঙি। তশেংনমকসু হায়রগে খন্না ময়া কাখৎলকপদা ললিতানা "ইচেবেম্মা লাকচরে-লাকচরে" হায়রকপনা হানখি। নোকমি-নোকমি তৌদুনা অহন্দুগী মনাক্ত চংলকই। মদুফাওবা অহল অদো মনা পাইবা য়াদে। শাওনিংবগী ময়ায়না হেনখিবনা করি-করিনো খরসু ঙাংখি। ললিতাদি অহন্দুনা ঙাংলিবদো নাচুংদবা মখৈ মমিৎনে-মনানে চৎনা-চৎনা "ইচেবেম্মা নুংশিবা পরেং-পরেং হায়বদু সিনিনে" হায়জরকই। মাগা লাকমিন্নরীবী অহন্দো ললিতাগী মতৌদুদা শাও-নিংলম্বা পুন্নমক মাংখিদুনা অঙকপা অমা ফাওখি। চৎনা-চৎনা মথন্ত মচিন্দ শোঞ্জে "নুংশিবা পরেং-পরেং"।।

***

